


# নিং শংজবা

## [illegible] [illegible]হইবা লাইরিকশিং

১ রাখলগী চৈশু ২। মন্দিনী ৩। কবিগী লৈ নচোম
৪ ঈচেলগী ছাত্রা ছাত্রি ৫। বসন্তগী লৈরাং ৬। আশাগী লমজিং
৭ পুন্সিগী কোলোই ৮। রাহং চামা তরা ৯। মংগী রাকাং
১০ মণ্ডানগী থাওমৈ ১১। কনগী তোর্ব্বন্দা ১২। রাখলগী লংলা

তোল্লবা ননাই,

শ্রীলাইশ্রম ধনঞ্জয় সিংহ
কাঞ্চিপুর

নমফম
দি মনিপুর গীতা প্রেস
শিংজমৈ বজার
ইম্ফাল

# ৱাহৌদোক

ৱাংলগী চৈশু ?ায়না কৌবা লাইরিক মচা অসি ইং-শোক ১৯৬২ দা ইশাগী চহি ১৪ শুবা মতমদা ইজখিবনি। অদুগা হায়রিবা লাইরিক মচা অসিনা, নৌনা হৌরক্লিবা ইচিল ইনাও কয়ানা পুন্সিগী অৱাবা লম্বী কোঙাই কয়া চৎপদা খরদং উপাই ওইগদৱা হায়দুনা লাইরিক মচা অসি ছাত্র অমা ওইনা ইজদুনা যোংজবনি। অদুবু মসিমক্লা ওইবা য়াগনি হায়বগ থাজদে। লাইরিক অসিগী মনুংদা ৱাহৈ ৱাতা অৱানবা কয়া য়াওবা থেংনবিরবসু, পাবিরিবা ইচিল ইনাওশিংনা হায়বিরক্লবসু ইশাগী অৱানবা ইকোক থোংনা লৌদুনা ইশাগী অৱানবা চুমথোকচগনি।

তোল্লবা ননাই

শ্রীলাইশ্রম ধনঞ্জয় সিংহ

কাঞ্চিপুর

# বাখলগী চৈন্তু

—— :×: ——

## অহানবা পন্দুপ

চাবদা হাওত্রবা-শেৎপদা মীগা মীনাম্নদ্রবা, লমচৎ ব্যবহারস্থু ফজদ্রবা” মশানদি তল্লগা মীগী ফজবা-যিঙেৎ চাবচা কয়া উরগস্থু হেক কল্লকপা। অহুগা মীগী মাংনবা-শিনবনা মথৌ শাবা অরেম্বা থবক তৌহুনা: মতম- মাংহনবা হৈনরবা, মীগী মতৌ তম্বনা লেমজবা শাবা, মশাগী মমলবু মতিক চাবা মফমদা শিজন্নবা হৈত্রবা, “মশাগা রাস্থু ঙাংথোকপা হৈগত্রিহৈগদা মীগী মরা-মপাও ঙাংবদা হৈনজরবা” অহুগুগ্রবা কযাগী পুন্সি অহু অমাংবা নত্রা? ময়েক লারবা রাহৈ কয়ানা লৈতেংলবা অদুগীস্থু মথক্তা কবি কয়ানা (কপ্পনগা) লোইননা মরিক চুম্না ইবিরম্লবা - মুৎপস্থু নায়ররোইদবা মরল লৈরবা ঐখোয়গী ইমারোলসে শিজিন্নফম থংদবনা লাইরহল্লে। “ওইদবা রাহৈ কয়ানা লমজিংবিদূনা (মোত্তি মুক্তাগী) মতৌগুম্না লংলবা মিৎ কয়াবুস্থু, ওইদবগী উৎ চাইশনবিদূনা তাংহনবিরগা মদূনা করি কান্নগদৌরিবা? ময়েক লারবা ইমারোনবুনা লৈমুংদা-চংশ্র সন্থু হায়বগী মতাগুম খোংপক্লা নেংশন্দুনা থমখ্রগা; বিজাতিগী মরোনবু মুন্দুনা ঙাংবা ঙমন্নবগী হোৎনবদা মরৈ লোম্লবা

যাত্রিকশা, মতুনা ওইবা য়াগদৌরিবরা জাতিগী অশেংবা মী হায়বদো ’ ? নশাগী মমল মতিক চানা খংঙু” হায়দোকখ্রবা রাবু অমুক হনজিল্লু হায়বা কৈদৌনুংদস্তু য়ারোই। নশা ইশাগী ইজৎপু কৈথেন্দা থোকপা লাই-ফদিবিগুম হেক লৈরগা লোইরে হায়বা রাখল চেনগনু।

মতম খর সনজ্রাগী নিংয়েদা অমেৎপা থবক তৌরুরবস্তু, নশাগী নরাল অদু মতিক চানা চুমথোকচৌ। মতম অদুদা নশাগী মতিক চান্না লংলবা থম্মোইগী মিংশেল অদু মীগী খুৎশেম য়াওদনা নশা নথস্তা তকথোকচৌ "অদুগা তাহল্লু "নশাগী ময়েক লারবা শক্তম অদু, উগনি ময়েক শেংনা মতম অদুদা নশাগী নতিক থোকপা নথৌদাং তমজহল্লু নহাক্কী নতৌ অদু। অদুদি নত্তনা নতিক নগুণদি-য়াওদনা নঙান হপ্পুনা যাত্রিক কযাগী মমাংদা অথোই নাপল কারিবনো ? রায়াম ঙাংবনা অহৈ অশিং শাবা, মীনা তৌবা থবক্তস্তু মীথান্নবিদ্রবা, ঐনা তৌজবা থবক্না মহেল্লে হায়দুনা (কল্পনা) তৌবা ; অদুগা মশানা তৌথোকরকপা থবক্তনা হংোই মরিল (সুৎ-শা) হায়দুনা হেক মতোকপা, ঙাংথোরকপা রাঙাংদনা অরুপ্পা নুংবু ঈশিংদা থাদবদা হেক মতাওবা, চৈরিবনা হায়দুনা মীনা ঙাংলকপনা খজিক্ত মানা তমথোকরকপনা লৈংতান শরু পানদে মতাগুম হেক মঙাংবা ! ঋতু তরুক্না অতৎ অথম লৈতনা লীলা শান্নরিবা পুসিসে অরেম্বা থবক তৌদুনা, ওইহল্লগনু থরাই পান্দবা লাইফদবীগী মতৌগুম। ঈচেল কুংলবা তাইবংনি অদুগীস্তু মথক্তা (মিৎনা-কুপ্পা পূন্সিনী। পে ক্লবদি মীওইনা অমত্তা ওইবা মচুনা লৈতেংঙু। "বাঁশী খোংলবস্তু জগোইগী খুৎলৈ চানা খোংঙু

হায়বা ৱা লৈবনি" মৱম অদুনা চৎকদবনি ঐখোইস্থু মপূগী খুৎশেম মতুং ইন্না। "অদুগা করিগুম্বদস্থু মীগী মপূক্কিং ন্নুংঙায়ৱোইদৌবা থবক তৌদুনা খুজিন্দা তুম য়ুহল্লোইদবনি।

---

# অনিশুবা পন্দুপ

ঙাংথোকপা হৌৱুৱবদি ৱাগী ৱ্রাৱম চুন্না পুথোক্কুনা মতিক চাবা (প্রমাণ) পিবা ঙম্নবা হোৎনৌ, হন্না হন্না মাইথিৱবসস্থু নোংমা নত্রগা নোংমদি শোইদনা ঙম্নকনি নিংচৎ উৱোং খিনবা! "তাশল্লু মীগা মৱাস্থু ফৎতবা মথৈ খন্দোক্লগা অফবা মথৈ লৌশিল্লু" ঐগী তুংগী লম্বীদা কান্নগদবা মচাক ওইৱবদি ইকাই ইকি হুন্দোক্কুনা নথক থোংবা অহৈ অশিং কয়াদা হংঙু? অদুগা কা হেন্নস্থু থবক তৌৱুগনু মীনা নংবু নুংশিৱোই। মৱম অসিনা হক্লা কা হেনজল্লুগনু "অতুগা খৱা মথৈদি হংবা য়াই" শৱুক অহুম থোকপগী শৱুক অনিদি মীঙোন্দগী পাউতাক লৌবনা তুংগী লম্বীদা কান্নবা হেনগনি। অদুগীস্থু মথক্তা ওন্না তৈনবা লম্বীদা য়াৱবদি পুন্সি অসিমগী খোং থাংজন্দনবা কননা হোৎনৌ নহৈ নশিং য়াম্না হৈৱবস্থু মীগী মমাংদা উৎলুগনু, করিগুম্বা তাঞ্জা চাখিদবা মতাং থোক্লবস্থু নশা হিংবা ঙম্নবা উপায় খৱদি য়েংগদবনি, "মীগী

মমাংদা চোপ্পস্ু য়াদে” নংগী তুংদা মীনা থিন। ড়ানেজরবসু মাংগী লম্বীদা, মী ওইবা ঙম্নবা কননা হোৎন্দুনা তৌগদবা নথৌ অ উৎলু। মতম অদুদা খুন্নু খোংদা শবৌ শারস্বা ময়াম অদ্ মশা মশানা ইকাইজদুনা তোকচখিগণী। অচৌবা থাক্তা কাদুনস্নু মীগী মপুক্লিং মুংঙায়রোইদৌবা থবক কয়া তৌদুনা নশাগী মিংচৎ থিহনগন্নু। মী অমনা মী অমবু ব্লারকপা ঙম্বা হৌনবরা? “অচ্ম্বনা কনানো, অরানবনা কনানো” হায়বদা খংফম থোক্কে; মরম অসিনা কনা অমতনা অচুম্বা ওইরবস্নু অরানববু ওইরবসু হায়বা ঙমমোংগ, অ তৌরুরিবা মহাক অদূতনা খংফম থোকই! মরম অসিনা অচুম্বগী মহৈদি শিখ্রবস্নু সিদবা মীগী মতৌগুম, নোংম নোংমগী হেনগৎলক্কনি। মশাগী মতিক মগুণ।

অদুগা ঙমদ্রবনি হায়দুনা মীগী মতেংস্নু কা হেন্না পামশনবা তৌরুগন্নু। নতিক নপা চাদনা থবক কয়া তৌদুনা নংবু মীনা কিন্নহনগন্নু। থবক অমা ওইরবস্নু নখুৎনা হেন্না থুজল্লু অতুগা রাখলনা খরা তপ্না তৌবনা হেন্না ফে। চিহৌ চংবা রাখল পোক্তুনা ঙম্নোইদবা থবক্তা অরেম্বদা মতম মংহনগন্নু।—নংগী পুন্সিগা লম্বীদা য়েক্না তিংখং লৈতনা অমদি নুংঙাইনা পুন্সি লেনগে খল্লবদি, নোক্নুকপা রাহৈ কয়ানা মীগী থস্মোইবু লাকশিনবা ঙম্নবা হে নংবা তাই। পোক্লবদি মীওইনা ঐগীস্নু মাংদনবা মীগীস্নু ফন্নবা খরা খরা হোৎনবনা ফৈ। মতম খুদি মক্ত চাওথোক লেমথোকপা তৌরোইদবনি।— নশাগী রাতু নথন্দ ঙংজবদা মরিক চুম্বা ঙম্নবা কন্না হোৎনৌ। য়েলহৌ ফব পুন্সি অহুবু

তুংগী পোলোই তাবা হৈতবনা মাংবনি। মীগী মমাংদনা অচৌ অশাং শারগা নংগী তুংগী লম্বীদা হন্না য়েংখিবদা কনা অমতসু উরোই, মরম অসিনা নংগী পুনসিদা খনকম খ'দবা ৱাখলময়াম লাক্কুনা, মীগী মমাংদা অঙাওবগুম মতম খুদিংমক্তা লেনগনি।

অতুগা অচৌবা মী অমা ওইগে হায়না তাল্লবদি অরাবা কয়ামরুমগা মাইয়োক্নতুনসু হনবা তৌরুগনু, পুন্সিগী খোংচৎতা অরাবা কয়ামরুমগা শাথেংনতুনসু ৱাদবা শাতুনা অরাবা মতম লেনবা তাই। অতুগা নখা থাবা মীদসু হনথবা মিৎয়েংনা কৈদৌনুংদসু য়েংলোইদৌবনি, নথক থোংবা কনাগুম্বা অচৌ অশাং কয়াগী মফমদসু কা হেন্না ব্যবহার তৌরুগনু, হন্নাগী মথক্তা অমুক অথোই নাপল কাথিগনি। অচৌবা ঙাইহক্তাগী সংসার নত্তে; মরম অসিনা অপিকপা নংগীসু নতিক চাবা নগুন উৎলু।— অতুগা করিগুম্বা মতমদা খংবদি খংদনা য়াম্না অহৈ অশিং শারুগনু নোংমা নত্রগা নোংমদি শোইদনা ইবাইবা নংগনি। পুবচেল চাওবা তম্মু' শারবা কালেন থাগী নুংশাবু নিংথিরবা বসন্তগী মতমগুম্বনি খন্দোক্কুনা শারবা নুংশাগী মৈশাতু খাংবা তম্মু। ডমগনি মতুতনা মীওইবা! মীওইবা খুদিংমক্না নোংমতসু মশক উরুদ্রিবা পোৎ অতুবু মমিংদা তাবদা য়াম্না খৌরাংনা য়েংনিংবা হায়বা অসি মহৌশাগী চৎনবী ওইবনা, মী খুদিংমক্না সংসারগী মনুংদা লৈরিবা (ঔসর) হায়বা কুংলবা যৌবনগী ঈচেল অতুবু য়েংনিংই হায়তুনসু মতম চাদনা য়েংলুরবদি; অপম্বাগী ময়াইনা কনখিতুনা চংশিল্লরগা হনদোক-ফম খংদতুনা অরেম্বদা

অৱাবা তান্থনা যোৎনা নৌরবা পুসি অহু নোংনা নত্রগা নোংনদি শোইদনা অমনবা চরৈ নীবী নতৌগুন ওইরক্লনি।

—— ——

## অষ্টম শুরু পন্দুপ

মতম চাদনা হৈরাং লৈবাংগী লৈনম পান্থুবনা লৈগী লৈনম ন্থংশিবদি খং, তুংগী পোৎলংদি যেংহৌদনা, "মরনাই থাকচবা লাংদা অতোইনবা পাম্বা সমাজনা চোংগদুনা থুবিকুবগা কংলকুবদা লৈগী লৈনম" অথিবা ৱাহৈ কযানা মীবু লংনবিন্থুম্না মীগী মিংচৎ থিহনগে থৌরাংলিবা যাত্রিকশা! চৈফু কনবা ৱাখলগী চৈনানি মতমগী ইঙ্খোন্দা থারুবনা হৈরাং হৈজিং যাদরে,. মিৎনা উবা সংসারগী চৎনবী ওাক্লনবা হেৎনবদা কেন্নরিনী নৌনা নশা অহু! ৱাতোন্না ৱাংলগা ক্লাক্লা ফমদেকই হায়বগুন্না মতম চাদনা লৈগী লৈনম পান্থুরবসু খুদোং থিবা অমদি ইকাইবা নংই। কন্নদ্রবা সংসারগী ৱাখল অমনা মমা-মপা শিবা মতমদি মখোইগী মতুং ইন্দুনা কনা অমতা চৎপা ঙমদে. অহুগা কনাগুম্বী মরেং মমান্নবা অমা ওইরবদি ইরাই লাইনা শিবসু ঙমই! মমা অমতনা পোকচবা মচা ওইরবসু মখোই মখোইগী পুকচেলদি অমতা তিন্নদবগুম (প্রকৃতীগী) খুৎশেমসু তোংঙাল তোংঙাল্লি। তাইবং শেম্বা মপুনা মিৎ অনি পিরমই, অহুগা পিরম্লিবা মিৎ অনি অহুনা তরাগী শক্তম উরবসু নংগী

ভীববু কনবা ঙম্লনবা ৱাখলদি অমতমক খনগদবনি। "মৱম অসিনা নৌ অমতনা হি অনি হোনবা কৈদৌফুংদস্থু য়ারোই" অদুগা পোক্লবদি মীওইনা য়েংগদবনি হিৱম খুদিংমক, থৱাইনা অপাম্বা অমা খল্লগা নৱল ওইনা পুন্সিগী থম্মু; মদুতনা তুংদা মী ওইবা ঙমগনি। অউবগী পেনবা নাইদবা তাইবংনি হায়দুনস্থ নমাংদা থাবা চাক্লুক হুক্তনা মীগী মমাংদগী চাক্লুক মুন্দুনা চারুৱবদি মীযাম মমাংদা চিংগোইনৈ হায়বা ৱা লৈবনি।

নশাগী ৱাস্থু ঙাংথোকপা হৈত্রিঙৈদা মীৱক তিনবা হাক্লা পাম্লুগনু। কৱি কৱিগুম্বদা নংগী ৱাখলনদি লোইনা লেংথোক্তনা থমজৱবা অদুগা ঙাংথোকপদি হৈত্রবা ৱাফম অদু ঙাংথোকপা হৈননবা কন্না হোৎনখো; অদুগা অচিকপা মফম অমদা চৎতুনা নংগী পুন্সিগী ওইরক্কদবা ৱাফম অদু নশা নথন্দা অমুক হায়জো, অদুগা নশা নথগুনা অমুক তাজো, মতম অদুদা নংগী ৱাখল অদুনা লেপ্লবা। মতম অদুদা শোইদনা মী অমা ওইবা ঙম্লগনি হায়না খল্লো? নশানা তৌজবা থবক অদু নতোম-তনা থাজৱবদি মীনস্থু নংবু থাজৱগনি,। "মৈতৈ ৱাহৈদা অৱা মচা লেম্না মাংদবনি নারগা হিংদে,, হায়বা ৱা অদু মতৌ কৱম তৌনা হিংলোইদৌৱিবনো? কৱিগীস্থু হিংদদগে মদু মীওইবনা চাং নাইবা হৈতবদগী হিংদবনি। মীওইবা হায়বা অসে পোকপা হুমিৎতগী হৌনা পাক — চাওৱবা সংসারগী অৱা অনা কয়ান থল্লবা (বেজগী) মথক্তা নেৎপা হৌৱবনি, অদুগুম্বা (বেজ) অদুগী মথক্তা নেৎলৱবদি অহানবা, মক্তাদা মীগী

তৌবিমল কয়াবু খংবা তাই। মশানা মাঙোন্দগী লৌশিনবদি হৈরগা পিথোকপদি হৈত্রবা অহুগুম্বা "মী অদো, মী নতে শানি হায়বদা থোইনা হায়মনবা থোক্লোই।"

"মশক য়াম্না ফজরবদু মহাক্কী পুকচেল অহুনা শেংদ্রবদি ফজরবা মাগী মাইথোং অদো অথিবা শিংদা চল্লে" অহুগা মশক য়াম্না থিজবা মপুকচেলদি য়াম্না ফজরবা অহুগুম্ব। মী অহুবু মশক থিবা অমনি হায়না লৌবা কৈদৌন্নুংদসু য়ারোই, মরম অসিনা মীওইবা খুদিংমক অসে অমনা অমবু হেল্লি হায়নিংঙাই লৈতে মরম অহুনা লাইরবা মচা কয়া ওইরবসু হনথবা মিৎয়েংনা কৈদৌন্নুংদসু খক য়েংবা তৌরুগনু? অশোনবা কয়াগী মফমদসু হেনফদ্রবা মতমদা মশা কনবা ঙম্নবা উপায় অমমম লৈবা হায়বা অসি মশানা তাবা ৱানি। মরম অসিনা হায়রিবা উপায় অসি লাইরবা মীওই কয়াগী মফমদসু লৈ। (কল্লনা) তৌবা মীগী পুন্সিদি তাইবং শেম্বা মপু মহাক্সু কৈদৌন্নুংদসু য়েংশিনবিদে. অহুগা জগৎ সংসারদা তোল্লবদগী তোল্লবা ঐনা মতোল্লবনি হায়হুনা ঈশ্বরবু কাওদনা মরু লুক্না চৎলিবা, মহাক অহুনা তৌজবা হিরম খুদিংমক্তা ঈশ্বরনা মহাকপু কদায়দা শোইখিগদগে হায়হুনা মিকুপ নাওহূম খুদিংগী য়েংশিনবীরি। মরম অসিনা মীওইবা হায়বা ঐখোইসে (অমর) নতেগুম্বনি, করিগুম্বা থবক অমা তৌগে খল্লবদি ৱাখলগী মখা পোনবা তাই, (কল্লনা) তৌবা করম্বা মীওইবনা ঈশ্বরগী মপান নাইদ্রবা চাংজৌবু লানবা ঙমখিবগে? মীওইবা খুদিংমক অসে অমনা অমবু মশক য়াম্না মুম্না থংলগা চৎনগদবনি!

---

# মল্লিশুবা পন্দুপ

হৌজিক কালগী মীওইবনা চৎনরিবা মওং মতৌ অসি অমারোমদা হায়রুরবদি য়াম্না নোক্লিংবা অমনি, মীগী মতৌ তম্বা ঙম্নানবা হোৎনবদা মথৌ ইরৈ লৈতনা মথৌ য়াম্না চিল্লে ; চৎচগদৌবা মখোং অনি অতুবুনা থৌরবা কাতিনা ককথৎতুনা থম্লে, অতুগা অফা ফৎতা কয়াবু শেমগৎ শাগৎকদৌরিবা মখুৎ অনি অতুনা কল্লবা মতমগী ঈচেলনুংদা লুপশিন্দূনা থমখ্রে। ঙাংথোকরকপা ৱাঙাং শঙাংদদি লৈতোন শরু পান্দে মতাঙুম মীগী অরাইবা ৱাহৈ ৱাতা কয়ানা করিস্তু খংজদ্রিবা নৱা কয়গী শিংলি খুদিংদা মতমগী ঈচেননি হায়তুনা মীপাল তাংবগী পুকচেল হান্না তম্বিরে। মরম অসিনা মমা লৈবাক্কীদি হন্না ফাংবা য়েংদতুনা পোকপদগীনা শিবা ফাওবাদা মীগী ফন্নবা শেম্নীবগীদমক পোকপিরকপা তারিবরনে? মরম অসিনা খনথতুনা অমুক্তা য়েংউ নখোয়স্তু” মীওইবা ঐখোয়দি তাইবং শেম্বা মপু মহাক্না পাক চাওরবা মলেম থকসিদা লল্লোন পোৎ ওইনা থারকপনি। মরম অসিনা লল্লোনবা লাক্লিবা ঐখোই অসে করম করম্বা থবক তৌতুনা লল্লোনবা লাক্লম্বাগী খুদম উৎলমগনি? মরু ওইনা হায়রবদা মীওইবা ঐখোইগী পুন্সি অসিদা তৌগদবা থবক্তি করিনো হায়ববু, হিরম খ্দিংমক্তা মীমান্নবমক ঙমজদ্রাবস্তু লৈজদবা ঐগীদি নোললুকপা ৱাহৈ কয়ানা মীগী তুংদা ওইরবস্তু ইনবা ঙম্লাবা হোৎনবা তাই। মরম অতুনা তুংগী লম্বেনদস্তু মতুনা হেন্না কান্নবা লাকনি।

অতুগা মতম খুদিংমক্তা ওইরোইদোবা থবক কয়া তৌহুনা মৈরানবীগী পুন্সিগুম হন্না হন্না মৈন্নুংদা চোংশনগনু ; মৈতৈ ৱাহৈদা হায়নবা লৈবনি” পলথুংলমদাইদা কৈথেল হোৎচন্দুনা কবোক চাই হায়বা ৱা অমা লৈবনি, তৌরিগুম্বাসুং মতু প্রমাণ নতে অশেংবা ৱানি ? মরম অতুনা নোংমতসু মশক উন্নদ্রিবা কনাগুম্বা অমদা থাজবা য়াবা ৱাহৈ কয়াসু উৎলুগনু। অতুগা মতম খুদিংমক্তা অপংবা মীদা পাওতাক পিরুগনু নশাগী ওইজবা ৱাংকনি, শন্না হায়রবদা য়োংদা মুক্তা পরেং শিবীবগুম থোক্কানি ! তাইবংপানবগী চৎনবী হায়বা অসি মরম ইচা চাদনা য়ান্না লুবা থবক অমনি অতুবু খরা হৈন্না চৎচরবদি করিগীবুসু কয়া য়ান্না লুবা থবক্লো ? থরাই মচা অমা পাল্লি হায়তুনসু লাইরবা ঐনা অচৌ অশাং মচা মগু কয়াগী অরু অহেন কযাগী ফিজেৎ চাকচা অতুবু হেক মশেৎপা তৌরুগনু ? খুদম ওইনা হায়রবদা কাক্লা মোরোক চেনবগুম থোক্কানি, মরম অসিনা মীওইবা ঐখোয়গী পুন্সি অসিদি শরুক অহুম থোকপগী শরুক অমদি, মিৎ নাম্মা তাংলবগী পুন্সিগা চপ মান্ননা লেনগদবনি। নশা নশানা তৌজবা থবক খুদিংমক্তা মহৈ য়াহল্লু ? অতুদি নত্তনা ইহৈ তল্লিবনিদো হায়তুনা জগোইসু ঐনা শাগনি পুংসু ঐনা য়ৈগনি হায়বা ৱা অতুনদি চৎনবা য়াবা ৱা নত্তে। তৌইগুম্বসুং নংনা জগোই শাগে হায়রবদি কনাগুম্বা পুং য়ৈবা হৈবা ওঝা অমা নেক্লগা জগোই নিংথিনা শাবা তম্মু ?

করিগুম্বা থবক অমা তৌগে হায়না খল্লবদি নশা নশানা থবক অতুগী মরম অতু য়ান্না মুন্না কনাগুম্বা নথক থোংবা অথংবা

অমাদা হংদোকউ। অদুগা ঐগী থৱাইনা থবক অদু য়ান্না পাল্লম্বা অমা ওইরল্লবদি, হয়েং তুংগী মরমদসু মুন্না ৱাখল তৌরগা থবক তৌবনা ফৈ। অদুদি নৎতনা কোক হেক তৌরুরবদি হয়েং থবক অদুনা মহৈ চারমদাইদা, নিংহন্নবা পুকচেল লাক্কুনা মাগী মমাংদা চাং তাদুনা তোক্কানি; মরম অসিনা থবক খুদিংমক তৌগ্রিবৈগী মমাংদা হান্না চাং য়েংথোকউ? মীমাং থোক্লগা নশাগী ইজ্জৎ য়েংদনা পং-চোপ চোপ্না থবক তৌরুগন্নু? মীগী ফজবা মতৌ উরগা কল্লকউগন্নু? "পামদবসু য়াদে" শন্না হায়রবদা মীওইবা হায়বা অসিনা ফজবা হায়বা পোৎশক অসিবু পাম্বদি, কদাই ফাওবা পাম্বগে হায়ববু কনিগুম্বা পোৎ অমা লৈবদা ফাওবা ফজবা হান্না হেক্তা মখল্লি। মরম অসিনা ফজবা পোৎনি হায়দুনসু মরিন খংদবা পোৎ অদুবু শিজন্নগন্নু তুংগী লম্বীদা অমাংবা ওইরক্কনি।

অচুম্বা মীগীদমক্তি মতম খুদিংমক্তা ঈশ্বর লৈ। অদুগা অরানবা মীগী মফমদদি হন্না ফাওবা য়েংবীদে, মরম অসিনা মীওইবগী পুন্সি অসি শন্না হায়ববনী, থন্না থক্তা তাবা অহিং লিক্লাগী মতৌগুম্বানি, "মরম অসিনা চৎনবী সংসার অসিদাদ পোলেফম লৈতে। হিহোনবনা তোইনা তোইনা হিবান য়ৈদুনসু লম্বী তেনগনি হায়নিংঙাই ৱা লৈতে, মরম অসিনা মতম খুদিংমক্তা পাপকী লম্বীদা চংলগন্নু? নথৌ ইরৈ লৈতনা থৌয়াম পুবা শাগন্নু মৈতৈ ৱাহৈদা হায়নবা ৱা লৈবনি, শুগনবা লাইরবা চাগনবা য়াংগনবা হায়বা অদু তাদুনা তোক্কনি! শিনথোং খংনা চৎচৎরদি করিগী লাইরগদৌরিবনো হিরম খুদিংমক্তা ৱাদনা মুংঙাইবা লৈবরা?

---

# মঙাশুবা পন্দুপ

হিরম খুদিংমক নথৌ পাংথোকপা ঙম্লনবা কন্না হোৎনৌ? মতম খুদিংমক্তা ঈশ্বরবু কাওগনু? তাইবংপানবগী লাইদি কোকথোং অমনি! অদুবু লাই ময়াম অহ্ লোইনা নিংঙু হায়দে। নংনা নিংগদবা ঈশ্বর অমতমক নিংগদবনি। অদুগা লাই-নিংলিবনী হায়দুনা নশানদি তল্লাগা নখুৎতমক তিংথোক্কে থবক্তা শুরোই, হায়বা রা অদুনদি মতম খুদিংমক্তা মীগী মী-খাদা পোন্দুনা তোক্কনি। শন্না হায়রবদা লাই-তমক নিংলগা লাইরিক্তি পাদনা পরিক্ষা থাবা মতমদা (সরস্বতী) নম্বো পেদুনা পরিক্ষা থাবনদি শোইদনা ফেল ওইহনা তোক্কনি।

মতাং চাদ্রবদি অনম কল্লাগা মাইবী চংই হায়দুনা ঙইরোইদৌবা থবক্তা অনম কল্লুগনু, "মীনা নংবু হুশিরোই, চৌজিক কালগী নহারোলশিং অসিদি থবসি খসি নাইদবা মকা মপাবু হনবা মীংই ঙাইহক্তা মঙাইখরে, অদুগা মখোইনা তৌবা থবক অদুনা ফরবরা হায়ববু মমৈথংদা অহল লমনগী য়ারক্তা পোপ পোপ তাদুনা হেক মতোকই। তাকপনা হৈরিবদি" মশানা তৌরোদনা হায়রুরবসু কান্নদ্রবা রানা পরেং লেংদুনা মশা হিংন্নবা রারেম খরা ঙাংলম্লাগা হেক মচৎখি। মরম অসিনা মতম খুদিংমক্তা অহল লমনগী পাওতাক খরা লৌদ্রবদি মমৈথংদা তৌগদবা নশাগী নথৌ পাংথোকপা ঙমলোই, মৈতৈ রাহৈদা ননাৎ নক্তনা শঙ্গোম চারুবনা মাইবী মাংই হায়বা রা অমা লৈবনি। ওইদবা লমচৎ শাজৎ

ষ্মাওম্রবদি পানবা য়াম্রবা যুগ ওইনা তৌরবরা! অতুগীস্তু মথক্তা নশা নশাগী থানজন্নবা থাওবু লৈরবরা নখোইনা মীগী থাওমৈ থানবিগনি হায়দুনা চরোইনা ৱাক মশম ফোইবদা লাংবদৌনা হোৎনরিবা অদুবু, ওইরোইদৌবা থবক্তা মপাল শাগনু। ঙম্লাব দি থবক অদু মহৈ য়াহল্লু, মদু নত্রাবদি কৈদৌনুংবস্তু মীগী মমাংদা ফোংদোক্লুগনু। অতুগা নাপল তৌমল্লাবস্তু কন্নাস্তু নংবু নুংশিবীরোই হায়ন্নবা ৱা লবনি মৈতৈ ৱাহৈদা? কিরবদি চংলুগনু, অপিকপা নংগীস্তু পিক্লা অচৌবগীস্তু চাওনা থোকউ থোকউবা মওংগী, তারক তারকপা মতমগী থোংচং মতুং ইন্না অমতা ওইবা পুকচেল চেলবা তম্মু? ওইহল্লু মতম খুদিংমক্তা মীওইনা পোক্লাবদি শাগৈগী থাওমৈ ময়ামগী (লন) অতুগা অপুনবগী পাঙ্গন্দি য়াম্না কল্লি হায়ববু, লিংজেন মান্নব্রবদি অমতাগী পাঙ্গন্না শরুক চামা হেল্লি হায়বা থক কাওগনু?

থবক খুদিংমক অসি পাংথোকত্রিবা মথৈদি য়াম্না থন্নানিংঙাই মশক্তি, ঙমগদরা ঙমলোইদরা হায়দুনা অরেম্বদা মতম মাংহল্লিঃ মফম মরাং ইথং খংহৌদনা কোক হেক তৌরুবনা মমৈদা খরা ৱারবস্তু ৱানা খরা কান্নবা ফংই, অতুগা থবক অতুগী মওংস্তু তারকই। অতুগা অফবা মীগী পুস্সিদি (কুমওন) খুদিংগী অনৌবা য়েনিং হুনবা পামেল উজাও। মতৌগুম্বানি,। শন্না হায়রবদা মীওইবা ঐখোইদি থোং নামতা ফাওবা থাংদোক্লিংঙাই লম লৈতবনি, অতুগা থেংনিংলবদি মহৌশা কৌবা লাইরেম্বীগী খুৎশেম মতম খুদিংমক্তা অচিকপা মমহাং কয়াদা কোইনা চৎতুনা মতম খরা লেনবা তাই।

মীওইবা হায়বা ঐখোই অসে শাদি শামি অদুবু শামি শা ওইরগা মথম অমনি, মীওইবা খুদিংমক মীমি হায়বা য়ারে। অদুগা মীওইবা খুদিংমক মাগী মাগী পুকচেল অমতা মায়নে, অদুগা ঐখোই ঐখোইগী থরাইদি অমংতনি শরুদবু নহা অহল খাইবনি। মীওইবা খুদিংমক হোৎনবগী মপাল তাংবদি" নোমবু নোমু রাবদি লাইনা য়াৎপা খায়াৎনি হায়দুনা অসুম লৈখোক্লবদি নং দনক কননা থাদবিরক্তনি। পাই অমগী মপু ওইবা ভমত্রিঊদো হান্না লাক-পতীগী মতে তন্নে নতুনদি ওইবা য়ারোই। নহানি হায়দুনা লমজাওদা লাওবা মথৈ লাওরুরগা লাইনা য়াৎপা খায়াৎনি চাদবা য়াবরা হায়দুনা ইমুংনা চংলকপদি, লাইনা থাবঃ চকুপে মং হুমাং মনিলগী শরুক যাওরুরাবনিনা তিংগা কোক হায়দুনা ইকোক কোক্লা লৈরম্নে; অদুগা মতম অদুদা নংনা থনক শুবদি অদহৌরগা ইমুং মমুংদা লৈরম্লিবা মীশিংদা তাইনদুনা নত্তা নত্তাবা রাঙং কয়া তাংদুনা নতিক নতুন। নতান হাপ্তুনা থিংতেন্দা তাইম্নবা ভমত্রাগা নশিখোংদা তাইম্নরগা করি কান্নগদৌরিবা? অদুগা থরাই মচা অমা পাম্লিকৌবনিনা মীগী ফজবা মপোৎ মচৈ রাইদুনা তাইহাকী লৈতেং ওইম্নবা শিজম্নরুরে, অদুবু অরাইবা মীগী মপোৎনিনা মপুনা নমদুনা অমুক লৌখোগ্রাবা মতম অদুদদি কদাইদা তাই লাদা তাই হারদুনা নংগী হান্নগী মওংদা অদুম লৈহৌরে। ময়ম অসিনা নরুল লৈতবা নংদি লাইনা য়াৎপা খায়াৎনি হায়দুনা হক্কা চানিং থক্লিংলুগমু, অদুগা মতম চাদনা নচিল লেংলুগমু! অদুগা ঐ য়াম্না তুংতাই মাইফবা মচা অমনি হায়দুনা অচাওরম

পাবা চৌরুগায় ; য জাওনা ভমগুন থুংবে হাংদনা য়ুনগুম্না হৈনা কল লাক্নি। কল্লিবনী হায়রুনা মীভোপদানি নমথাক তৌরুনা অমাং অপা পৈগনা মুংঙ্গাইবা পুসি পেল্লিবা মীওই কয়াদো, মতম কয়া কুইবগু লেনবা ভম্বাগে ! থাওনা লোটরমবাইদা অরুক্তা খংঙাল ভাল্লগা মুংখিবা থাংমৈগুম নোংমা নত্রগা নোংমাদি শোইদনা মুংখিনী।

হৌজিক মতম অসিদি ওয়া ঠৈনবা যুগ ওইনা তৌবনা অরুবনা মতাইদা চেপ্লে, অনৈবনা মরাইদা চেপ্লে" অরুপ্পা মুংনা তাওরে অতাওবা উনা লুপ্লে মৈতৈ রাইদা ক ল্লি থুদৈ কংদে হায়বা রা অমা লৈবনি, মহু প্রামন নত্তে অংগংব রানি শন্না হায়বদা মতু করিগীম্ত্র কংদদগে হৈনা চংচববনি। থবক খুদিংমক্তা মোরোক মেৎপদা জাং তারুবনা শোইবনি। কবিগুম্বা অরোনবা থবক অমা পাংথোক্লুবদা মীদি কনঅমত্তা উপিদে হায়বন্ তৌরবিবা থবক অহু্ৰী অহুম অরানদি মকম খুদিংমক্তা লেংদনা লৈবা কনাগুম্বা অমনদি ইরাই লাইনা উথি ! মরম অসিনা করিগুম্বা পোৎ অমা ঐনা পামই হায়রুনমু তুং-মাং য়েংদনা পাক হেক লৌবা চুমদে, লৌবা তারগমু য়াম্না ইংনা রাখল তৌরগা লোগদবনি। থুক্কম ওইনা হায়রবদা„ ঐ ওসি চাক য়াম্না লামই হায়রুনমু থুং অনি থান্তুনা চাবা য়াবা নথতে, মী খুদিংমক অচৌ পিশক থাইদনা হুরান্না ভাইহক্তানি ; মরম অসিনা রাখল যাম্না নিংখিনা তৌরগা তৌগদবনি। ইশা ইশাগী আই, থরা থরা লৈরবদি মমুন কারবা হৈলানবা মরু লুক্তা লৈবগুম মতম অরাম্বদা নোক্লুনা চৎপা [illegible]

নোঙ্কপা রাইহে কয়না শাং যাহুনা লেখোকনা 'তম্পু' নশক নত্তো নকিয়েং চকচাদি য়াম্না মকাজবা 'নপাল মৌংগী লৈতেরদদি সাধু হেক মাশবা মমুংদদি চেং চৎবা, হৌদোং থুম্বিন লৈবনা চকু ওমই হায়রুনা মোম্না শেংঙ্গাও লাকপসু তৌরগনু ? খোংলগা থংবা মখোইনবু খোত্রিবা মথৈ ওমলোই কনা অমত্তনসু হায়রা ! মতম থুদিংমক্তা অশঙ্বা লম্বেল পাম্নগনু" লঙী অশঙ্বা চৎপনা গুরু শিবা নংদে হায়বা রা লৈবনি। মহু পাওরো মত্তে অশেংবা রানি। মতম থুদিংমক্তা অকবা থবক অমা তৌগে নিংলবদি, হোরেন হয়েং হায়রুনা মতম ওাইবা তম্নগনু, নিংলক নিংলকপা মতমদা তৌবা গুম্নানবা হোংৎনৌ। অহুগা ফংতবা থবক ওইরবদি হোরেন হয়েং হায়রুনা মতম ওাইবা তম্ন। অচুম্বা চৎপা মীগী মিংচৎতি (স্বর্গদা) লেংদনা ওানবা থুমিং থাওম্না খোক্তনা লৈ, হায়বা অসি ওইদবা রা নৎতে অচুম্বানি, অহুগা তাবদনু হায়রিবা রাকম অসি ফনা নোক্লিংবা রা অমনি, মত্তো কয়না ওইগদৌরিবনো মী ওইনা পোক্লাগা থুমিং থাওম্না (স্বর্গদা) ওানগদৌরিবনো ? মহুদি মী অয়াম্বনসু হেম্না থংনন্নবা রাকম অমনি, অচুম্বা চৎপা মী অহুনা শিঙ্গাবসু মাগী মমিংদি থুমিং থানা পাক্লিবা মথৈ লেংদনা লৈ ; অহুগা কুমওন থুদিংগী অনৌবা ময়োল চোংবা লৈরাংগী মতৌওমই হায়বা রানি।

করি কল্লিগুম্বাদসু মীগী নুপোং হুহুনা চানিংলুগনু, শঙোম চানিংলবদি নংসু থনবী লোইরু। লাইনা তম্বা ইথুংগু তমজনা রাবরা হায়রুনা নংনা মতম চানা চিংথোক্তাহুনা অহুম ঈরুখোক্লাবার্দী

কদায়দগী ভূম্ভাগলংগো। মিৎ অনি পাল্লি হায়রুনা নত্তু বা মকময়া য়েংলুব্রবদি (পুত্র তানবয়া) হায়ববু পাপকী লম্বীদা চংলি হায়বা রা অমা লৈবনি,, মরম অসিনা সংসারদা মীওইনা পোক্লগা মশানা হায়দোকখ্রবা রাগী মতুং ইন্না মপুন্সি চুপ্পা ঙাক্লা চংপা মীওইশিং অসি থরা মতাংলে, অতুগা মত্তু ঙাকপা ঙমদবা অতৈ অসিদি ক্যংখ্রা থাং ওইতুনা তোক্লগদবনি। মতম খুদিংমক্তা নরল নৈতনা মীঙোন্দা দাল তৌথোক্তুনা মীনুংশি চাওবা শারুগন্নু, শন্না হাযরবদা করিগুম্বা পোৎ অমা নংনা চাগে নিংলগা মীগী অরাবা উত্তুনা অমদি পুক ফরিবনি হায়দুনা পিথোক্লুরবদি, তৌহৈরিগুম্বসুং পোৎ অদুদি নংগী নখুৎনা পিবদি পিথোকখে্র হাযববু; নংগী ইন্দ্রিয়দা লৈরিবা (আত্মা) অদুনদি য়ান্না নিংঙমহৌত্রে, মরম অসিনা থবক খুদিংমক্তা যান্না শুন্না থল্লাগা তৌগদবনি। মরম অসিনা মতম খুদিংমক্তা অপবা নিং... মরাগী মতৌ তম্ন গন্নু" খুদম ওইনা হায়রবদা হায়..বা রা ...লবনি, নোংমা নিংঙোল মন্না অদু মনেমপোক্লা চাক-...কৌবদা কা ... চানবিত্তুনা মকোৎতা লৈজবা ফৌ মথৈবু মপু... ...ক চাদবা য়ারনি হায়দুনা লোইনা তাইথোক্লখি ... ...বান। হায়রিবা নিং...ল মন্না অসিবু পংই ...য... ...দা শিংই হায়না লৌগদরা মসি অ...রোমদা হাযরুববদি ... ওইরবা রাফম অমনি। হুম্মিৎ অদুদা মহাক্লা চ... ...া চা...নখিত্তুনা মশা অদু লেংবা খোৎপা করি অমতা ঙম্ল...দে, ম...ম অ...দা মহাক অসি অরাবগী মশক অমা ওইরমই। অ...দা মহাক ...রমই, মরমদি ঐনা নোংমা

নোংমগী অম্নম হায়না চাক অসি চাৱবদি হৌজিক ঐনা ৱারিৱা অম্নম হায়না ঐ হুমিৎ খুদিংগী ৱাবা তাই। অদুগা চাক অসি চাত্রবদি ফাগনি অসি খন্দূনা মহাক্কী লৈজবা ফো মখৈ তাইখোকখিবনী, অদুগা মহাক্কা চাক চাবা মতমদা চাং নাইনা চাৱম্লাবদি অম্নম হায়না তৌৱম্লোইদবনি। মৱম অসিনা মতম খুদিংমক্তা চাং নাইবা তম্মু।

---

## তৱেৎ শুবা পন্দুপ

ওঝা হায়বা অসি কদাইবু কৌবগে? মত্তুদি ইথক থোংবা মী অমা ওইরবস্তু ইথাগী অভাং অমাবু ওইরবস্তু ঐবু তম্বিবা ঙম্লাবদি, মহাক অত্তু ওঝা অমনি হায়না লৌদুনা মহাক্কী মফমদা ইকায় খুম্লানা চৎকদবনি। অদুগা হৌজিক কালগী ইবুংঙো ইবেম্মা ছাত্রা ছাত্রিশিং অসিনা পরিক্ষা ঙমদ্রাগা ওঝাবু ফৎত্তে হায়রিবা অসি য়াম্না অৱানবা ৱাফম অমনি। খুদম ওইনা হায়রবদা" ফত্তে হায়রিবা ওঝা অত্তুনা তম্বিরমদনবু ঐখোইনা লৈরিবা ফিভম অসিদা মিৎ পাংনা পাংনা উবা ফংলকখিগদরা? অদুগা ঐখোইগী মিৎ অসিবু সমাজগী লৈতেং ওইনবা পানবিরম্বরা? মফম অসিদা ওঝাবু ফৎতে হায়রিবা মখোই অত্তুবু মী নত্তে শানি হায়না লৌবদা থোইনা অকাইবা ওইরোই। ওঝাশিংনা ছাত্রাশিংবু ফহননিংবদি

কদাই ফাওবা য়ৌনা ফহননিংবগে হায়ববু, মহাক্না হৈক্সরিবা মহৈ কয়ামরুম অহু মশাদগী লৌথোক্তুনা ছাত্রা অতুগী মশাদা হেক হুকচল্লনিংবা হায়বা অদু য়ৌরিবনি মতম খুদিংমক্তা ওঝাবু ফংতে হায়না লৌগদবা মীওইশিং অতুদি লাইরিক পাদনা পরিক্ষা থাবদা ফেল ওইরবা কাংবু অদুগা (প্রকৃতীনা) শেম্বাদা (Nature) চাদবা মীওইশিং অদুতনা হায়গদবা রানি। রা ঙাংবা হৈরগা মীকোক থোংই হয়াদুনা কদাই কদাইদগী লোল অতা-অতু খরা খোমজিল্লুরগা (Grammar) দি ইয়াও য়াওদনা ; মখদাং কোঙ্গোল হেক শৌবা মখৈ ঙাংবনা অহৈবা শকপা, অদুগা মশানা লোল্লিবা রা অতুগী অর্থস্তু মচেৎ অমতা খংদবা লোল্লিবদি অমুকতোইগী খোংবান্দা ঙামু মহা থাবশি মঙাই। মীগী অশোইবা মতৌ উরগা নোক্লাবনা হৈরিবদি, শবিনা মমা নোক্লাবসি মঙাই। মতম খুদিংমক্তা ওঝাগা ছাত্রাগা অসি খুদুপ অমাগী লমদা লৈমিনগদবনি, অদুগা মতম চানা অমুক কাপ অমগী লমদা লৈমিনগদবনি। অদুগা মতম খুদিংমক্তা নংবু পোকপা নমা নপাবুস্তু ওঝানা হেন্না লুনা কিনা চৎকদবনি। খুদন ওইনা হায়রবদা নোংমা (কৃষ্ণগা) দ্রোনগা মখোই অনি অসি য়েং ওই ঙান্দুনা ফমিনরিবৈঙগী মতমদা আর্জুন্না মফম অহুদা চংলকপদা, মাবু শেম্বী শাবিরিবা কৃষ্ণনা অতুবুদি হান্না খুরুমদহুনা মাবু মহৈ মশিং তম্বিরক্লিবা দ্রোন গুরুবু হান্না খুরুমখি মতম অদুদা ইকায়বনা মাংওইনরবা (কৃষ্ণনা) অর্জুনদা হংখি। হে আর্জুন করিগী দবক্তনো নংহাক্না ঙসি ঐবুদি হন্না য়েংলমদনা দ্রোনবু হান্না খরুম্বাদি। আস হায়না হংখি, রা অসি

তারবদা (অর্জ্জুন্না অকিবা লৈতনা খুমখি, প্রভু মহাক্সা শেম্বীবিদি থন্নাই হবচংদনি; অদুগা ঐনা হৈজরিবা ইহৈ ইশিং পুম্নমক অসিদি; ঐগী অমতা ঙাইজরবা গুরু দ্রোনগী কৃপাদগী হৈজবনি, মরম অসিনা ননাই ঐনা অস্থুম খনজবদা দ্রোনগী মফমদা হান্না চংজফম থোকপরা হায়দুনা খুরুমজবনি। ষ্রা অসি তাবদা অশাওবগী মৈনা চাকথেক্লবা (কৃষ্ণ) অদো পেল্লদুনা মনাইবু তারাম তারাম ঙাকপিখি। মরম অসিনা অহল-লমনগী পাওরোদা নংগী ওঝানা য়ানবা চৎলু হায়বা ষ্রা অমা লৈবনি। ওঝা অদুবু ঐনা ইকাই খুম্ননা চৎলবদি মতম খুদিংমক্তা নুংশিবা মিৎয়েংনা য়েংবিরবদি, নংনা তৌজবা থবক অদু খুদিংমক্তা মায় পাকপা ওইগনি! মরম অসিনা নত্তবা থবক তৌদুনা মতেক ওইরবা পুন্সি অদু কানদবা লৈরাং চার থাদুনা ওইদবা উহৈ য়ালহনগনু? করিগুম্বা ষ্রা অমা ঙাংবদা ষ্রারি তারিবা ভবোকশিং অদুগী মপুক্কিং পেন্নবা ঙাংবা তম্মু। অদুগা ছাত্রা অমা ওইনা ওঝাগী মগুণ খংদোক্কদবনি, মরম অসিনা ওঝা মখল (৩ শুবনি) মাদুদি (১) ছাত্রাশিংবু লমজিং-বীবা ওঝা অমা (২) ছাত্রাশিংবু মচাগুন্না তৌবীবা অমা (৩) ছাত্রাশিংবু হৈম্নাবা তম্বিবা ওঝা অমা

শাইবা কল্লাগা ওইনম্মি নিংবু নিংলবদি করিস্থু লৈতবা নুং মচা অমানস্থু লাই হেক মওই, মরম অসিনা থবক খুদিংমক ঙম্লোই হায়বা ষ্রা খক শিজন্নগনু? থবক খুদিংমক অসি তৌরু-দ্রিবা মখৈ ঙমগনি হায়বা থাজদবনি; মরম অসিনা শিনি খংনা খংনা পানবা তহাবংনি। শিববু কিন্নবদি তুম্লুরগনু মংলক্লাগনি।

হৌজিক্কী মতম অসিদদি ওন্না চৈনবা যুগ ওইবনা হৈখা পাম্বীদা হৈনৌ পাল্লে, মপাল শাৎতনা মহৈ য়াল্লে। মীওইবগী হৃকচাংদা মহৌশানা মমরক্লবা খুৎশেম অমা লৈবনি। মতুংদি লোম্না খুপ্পা তৌজবা থবক্তা ময়াম পুম্নমক খংখিবা, মসি মৈ অচাকপবু ক্লিমা বুপ্পুনা থম্বা য়াদে হায়বা রা অদু কাওরুবদগী পুম্নমক শোইবনি! হায়া নাপল তৌরোইদবনি শম্না হায়রবদা মরোল অহুম ওন্নাবা রবন্না করিসু লৈত্রব ...মগী মখুৎতা মথরাই থাখি হায়বা রা অদু খক কাওরোইদবনি। মরম অসিনা লাইনা থারকপা খুৎশেমবু য়েংনিংলবদি সংসার ? মপান্দা কোইথোকলু?

নহা ওইবিঙদা মরল তাল্লু হায়বা অদু পৈশাবু তাল্লু হায়বা রা নত্তে, তান্দবসু য়াদে পৈশা অদুবু, তানগদবা লনদি শেলগা মরি লৈবব নাবল অদুবু তাল্লু হায়বা রানি। শেলতনা মারল নৎতে যুগকী পোইরৈ য়েংনা থবক তৌ, নত্রবদি মী ওইকা ভমলোই। অচুম্বা থবকী রা ওইরবদি মাযোক্নবা লানফমদা থম্বাই কৎথোকউ। রা অমা ভাংবদা রা অনি শুনবা আডিয়া লৈবা রা ভাংভু? ফি অহনব অমা অমুক হেক লৈরগা মফৈজ অদুগা। মীওইবগী হৃকচাং অসিনা মল্লবদি লৈন্নবা পৈশা লৈরবসু লৈবা ফংদে। শেলবু লৈববদি সংসারদা লৈরিবা পোৎ খুদিংমক অসি লোইনা লৈবা ফংলে হায়বা রাসু শিজন্নগনু? অদুগা খরা মখোদি মফংই" অদুগা মহাক্না অওইবা রা ওইবা লৌরুরবদি, অপংবগী মরল অশিংবনা চাই হায়বা রাদা তাগনি।

মীওইবা খুদিংমক অসি য়ারিবা মখৈ ফুংগী লোলোই য়েংনা

চৎলবদি, অপিকপা কয়াগী মমাংদা অচৌবা কয়াস্থু লৈখা তাবা ওইগনি। অদুগা অপিকপা পোৎনি হায়দুনস্থু খক থওইদবা তৌরুগনু? পিক্ল পিক্লবা নোংগী মরিক্কা চাওরবা সমুত্রগী ঈচেল অমা ওইখি। মরম অসিনা নখা থাবা মীবুস্থু হনথবা মিৎয়েংনা মতম খুদিংমক্তা য়েংলোইদবনি, মরম অসিনা মতমগী মমল নশাগী ইজৎ ঙাক্লা চৎচরিবা মুপা মুপী অদুগী পুন্সিদি; ঈনোৎ কাবা তুরেনগী ঈচেল লেগুবা চাংজোগুম্বানি!

লাইরবা কয়াগী পুন্সি ওইতুনস্থু ঐ য়াম্না লাইরবা মী অমনি হায়দুনা ওন-থোইনা খাংদুনা লৈরবদি, কদাইদগী মুংঙাইরক্লদগে। ইশানা লাইরজরবস্থু ঐগী ৱাখলদি লাইরদে হায়বদা থোইনা অকাইবা ওইরোই। মরম অসিনা মী অমা ওইগে হায়না তাল্লবদি, ঐগী ৱাখল অমদি খুৎকা (Timing) চানা চানা থবক তৌগদবনি। অদুগা তুংদা মী ওইবা ঙমগদবনি। অদুদি নত্তনা খুৎনা অমা চিন্না অমা ৱাখলনা অমা মিৎনা অমদা থবক তৌরবদি, তুংদা মী অমা ওইবা ঙম্বদি হায়রুগনু। নপাঙ্গল ইকল কন্না ভিক্ষা নিবা কোইনা চৎপদি ময়েক্লা তাবনি, মরম অসিনা মীওইবগী পুন্সি অসিদি মিনিট অমগী মতম ফাওবা মাংহল্লোইদৌবনি, মতমগী মমলবু মতিক চানা খংলবা মী অদুনা তৌবা থবক্তি পংনা শোইরোই করিগুম্বা শোইবা তারবস্থু মরাইবক লৈতদুনা তৌবনি হায়না খনবিগদবনি। অযাম্বনা অপংবস্থু অশিংবস্থু মশানা মশাবু ৱারকচো, মী ওইনা পোকপদগীনা শিবা ফাওবগী মতম অসি শুবা নোম্বাগী মপাল তাংবনি, মরম অসিনা নোম্বা তল্লবদি কদায়দগী মী ওইবা

ঙমগদগে, মীওইবা হায়বা অসিদি অচুম্বা রা হায়বিরগা শাওবা অরানবা রা হায়রগা থাগৎপা মীওই কয়াসু য়াওরিবা জাৎ অমনি। শম্না হায়রবদা ছাত্র ছাত্রি হায়বশিং অসিসু মী অয়াম্বনা জাতিগী যুম্বীনি। হায়রি; অতুগা জাতীগী যুম্বী ওইরগদৌরিবা অতুদি চামা মগী মনুংদা শুপ্নাদগী অমতমক ময়াওই; অতুগা লেপ্নহৌরিবা ময়াম অতুনা জাতিগী যুম্বী ওইরুবদি হায়রুগনু! মমা মপাগী মমিৎতা ওইদবা রাঙং কয়াগী উৎ চাইনবগীদবক পোকপা ছাত্রা ছাত্রিমক্তানি। অতুগা কানরোইদবা বিদ্যা লমশি কয়ামরুমনু লৈরি, হায়রিবা বিদ্যা অদুদা হন্না ফাওবা য়েংবা ঙম্লবা মখোইশিং অনুতনা তুংদা মী ওইবা ঙমগনি। অরেম্বা থবক তৌতুনা মতম মাংহনগনু। "খুদম ওইনা হায়রবদা নিপা অমনা নেংমা তৌথিবা থবক অদু অতোপ্পা মী অমনা থা অমা চংনা তানবা ঙম্নরোইদবনি। অতুগা ফৎতবা মীগা মতম খুদিংমক্তা তিনরোইদৌবনি। অনসুং ফৎতবা মীগা চাংদন্নগদবা অসি লৈতে তাইবংপানবদা, কৈমক ওক্করবসু মবুক থল্লিহৈদদি হায়জবা য়াই, অতুগা ফৎতবা মীদি মতম খুদিংমক্তা ফৎতবা রাখলদা তৌতুনা অয়াম্বা মতম লেপ্লি, তম্বাদা ধারোইদবা মহৈ তমগনু, শেম্ন শেম্ন য়োং শাই হায়বা রা অমা লৈবনি। মরল লৈতনা নাপল তৌবদি অপিকপা উচেক্না মহুম চাওনা শাবগুম্না কবুই কৈয়োইবগী মনিং মমাং হোত্রোং হো হায়রা নগানা তৌরুবা থবক্তা তৌদে হায়তুনা মীনম্বা রা শিজন্নগনু। মৈতৈ রাইদা মুংশিং শিৎতনা উনা লেংবা য়াবরা হায়বা রা অমা লৈবনি। থিংঙেন্দা তাইনবা ঙমদ্রগা নশি-খোংদা

ভাইনৈ হায়বা রা লৈবনি। অতুগা অচুম্বগী মমাংদা অরানবা কয়াদি মকম ইথং থংহৌদনা, লেম্না শুংশা মণ্ডান্দা ভুমখিবগুম ভুমখিনী মরম অসিনা নথক থোংবা মীনা হায়বা রা ওইরবসু অচুম্বা রা ওইরবদি লৌ, অতুগা অরানবা রা ওইরবদি নথকী অহল্লনি হায়দুনসু থক য়ারুগনু? অচুম্বনা লৈপাক্কী (রাজ পতী) ওই হায়বা রা অমসু লৈবনি। মিহৌ-চাওবা পাম্নুগনু? চানিংলবদি লেক্কুনা তোকই হায়বা রা অমা লৈবনি। রাওং হৈরাবদি অপিকপসু অচৌবসু চপ মান্নে হায়বা কাওগনু। অতুবু কাদদি হক্কা হেনজম্লুগনু, হৈমল শিংমল্লাবদি পশিং পরাং থোকই হায়বা রাদা তদুনা তোক্কনি। মরম অসিনা তিন্নাবা মরুপ মশক থংনা তিনলৌ, মরুপ্না মরুপ্নু হাংলি হায়বা রা লৈবনি। হুইনাও মচা চান্না তৌরবদি লৈতোল অমুক্কুং লেকপদি ময়েক্কা তাবা খাৎ, অপিকপসু অচৌবসু সংসারদা হুরানদবা লৈতবনি, তানজবু ফংলবদি লম্বোইবসু ঙা চাই হায়বা রা লৈবনি। ওইদবা মীগী পুন্সিদি মমূল ফারবা উহৈগী মতৌগুম্না অরেম্বদা প্রোপ-প্রোপ কেন্দুনা হেক মতোকই। মরম অসিনা পাই অমগী মপু ওইবা ঙমক্রিঙৈদা হুম্না লাক পতীগী মপাল শাবা তমগনু। মশক য়াম্না ফজবা মীনা অরানবা শজৎ চৎপদি, হৈবোং মনুংদা তিল লৈবগা পংথক্লি হায়বদা থোইনা অকাইবা ওইরোই। অতুগা ঐ শক য়াম্না ফজবে হায়দুনসু নাপল তৌরুগনু। লাই অমুক্কুং থোকপদা শক ফজবগী মতিক খংই, লাইরবা মীগী পুন্সি ওইরবসু চংজরক্লাবদি মতিক চানা ব্যবাহর তৌদুনা ইকাই খুমনৌ। মপুক য়াম্না ফবা মী

## রাখলগী চৈশু

অমা ওইরবস্থু নতম মতমগী মতুং ইন্নু। মতু নপাবদি পুক ফাবনা শক্তক রাংলি হায়রতুনা নংগী ওইজবা রাংকনি। অতুগা করি করিগুম্বাদন্থু অকিবা পুকচেল চেল্লুগন্থু? কিনু িরবদি চরোং হাবুংনা লাই শাই হায়রবা রা অমা লৈব ি ৈন ত ল অচাকপবুদি ঈশিংনা ংথংপা ওমই. অতুগা ফংতব ীগী পুসিদি ংগংপা ওমবগী শক্তি অমৎতা লৈতে। অপ া ঃ ি পু ংথংকে হায়না হোংনরুবদি, সনাগা লুপাগা খন ত ি ' অকন অযাং য়েংনবগুম্ব থোক্কনি। মীওতনা পোক্রবা ঐথাই ন কদ ইদ গম্বাগদগে লল্পস্থু কা রাশাস্থু শা, মী অযামবনা মশা ওইজবদা তানবা য়াওবি, মথোইগী পুি খাসদি চাওখংতবা। তিল্লিব সনাজ মমাংদা তুককুজাবগী মশক ওইরবা রাকন অনানি নবম অসিনা অফবা মী অমা ওইগে তাল্লবদি নংগী পাক চাংববা বাখল নযান অহুবু অমংতা ওইনা লাকশিনবা ডন্নানবা ে োংনৌ, অ ওইববাদ নে া নত্রাগা নোংমদি শোইদনা অচৌবা মী অমা ওইবা ওমগনি। মরম চাদবা মফমদা থরাই হকচাং কংথোক্লুগন্থু? মমা মপাবু হনবগী যুগ ওইরবা নতম অসিদদি, চংনবিবা (Nature) গী মতুং ইননা থবক তৌবনা তেন্না ফবে। অতুগা মতাং চাদনা পংলু লুবস্থু তৌরুগন্থু। উচেক্কী অনাংবদা সিকা ী হাযতুনা খুমবগুম খুন্দুনা তোক্কনি। মাইবা মরাস্থু পংলৌ লৌকগন্থু ইমুং মন্নুং "হিগায়-রা ওইতুনা তোক্কনি। মপুকচেল তপই গাযতুনা থাজবা তৌরুগন্থু, রা ঙাংবা ৈগজদবা নংদি ঙাংলুগন্থু? ঙানা রা ঙাংগে তৌবদা ঈশিংনা পল্লি হায়বগুম্না মতম খরা লৈখোকপা তন্মু? মতু নত্রাবদি নপা পন্দুনা চৈবা শক্কনি।

# নিপাল শুবা পন্দুপ

মশক উরুদবা পোৎপু থাজবা য়াবা প্রমাণ পিরুগনু ? ওইদবা ৱাবু পুক্লিং চংনা তাবদি নংকাওতনি হায়বা ৱা কাওগনু, মরম অসিনা মীওইবগী মফমদা চৈনা ফুবদগী হেন্না নাবা ৱাহৈ অমা লৈবনি ; মতুদি ৱাঙংনি ৱাঙং অমনা মী হিংই ৱাঙং অমনা মী-শি হায়বা ৱা অমসু লৈবনি ? তাইবং পানবদা শিদ ফিদাক লৈতবনি মরম অসিনা থিকতু সু ৎোইনা কনরোই ; মরম অসিনা তৌগদবা থবক্তা নিংবা কাইন ৱাখল চেলগনু ! শেল লৈবনি পুবা থংই, মরম অসিনা মীওইবা ঐখোয়গী হকচাংদি পুবা থংদে। মরম অসিনা মতম খুদিংমক্তা চেকশিনবা তাই। অতুগা মশক য়াম্না ফজবা পোৎপু হাক্লা পাম্নগনু মমৈদা মমল যাওরক্লোই। মীগী মাংন্নবা কযা শিন্দুনা খুজিন্দা তুম যুবা, কাংখদা লিল চংলক্কদবা থবক তৌরুগনু ? অতুগা করিগুম্বা মতমদসু ঐগী ইশাদা অৱাংপা পোৎ অমতসু লৈতে হাযতুনা নাপল তৌরুগনু, নিংথৌদসু মৈতাল ৱাৎলি হায়তুনা নোংমদি শোইদনা ৱাৎক্রকনি।

হোরেন হয়েং ঙাইবা সংসার ওইরবদি ঐগী-মক্তা ওইরেদনা মচেং মশুং নাইবা পুসিদা শিগদবা থরাইনি হায়দুনা ঙাইগাক্কী হুংঙাইবা পাম্নগনু। মরম অসিনা শেলনা ৱানেমপদোবগী শরুক্তা চিন্না ৱানোম্মু মতুনা হুংশিবা হেনগনি। নমাংদা থোকখি থোকখিক্না ৱাতমক লৌ, অমদি নমিৎনা উরুড্রিবা থবকপু মচিল্ল কলবা তোকঙাগী ৱানা অচুম্বনি হায়তুনা থাজবা যাবা উৎলুগনু।

অহুগা তরা মচা তিনবদা (Nature) চাদবা ন্নাঙাং কয়া ঙাংলুগন্নু, অহুবু অওকপনি মীওইবা ঐখোইগী পুন্সি অসি, ফংতে খংলবা থবক অহুদা হুন্না হুন্না চংলি ; হায়রিবা মখোইশিং অহুবু মশানা থকচবা লাংদা, মশা মতোমতা থুজবনি হায়না লৌবদা থোইনা লাললোই। অচুম্বা চৎপা কয়াগী মফমদস্তু পাপ লৈ হায়বা ন্না অসি অচুম্বনি। শন্না হায়রবদা করিগুম্বা থবক অমদগী শিবা য়ানা লৈরিবা মী অমবু কনগে খন্দহুনা, অরানবা ন্না ঙাংলবাদি পাপনি খন্দুনা মাগী অশেংবা ন্নাহু তাক থোক্লুরবদি, মহু অমরোমদা (পুন্য) নি অহুগা অমরোমদদি অচৌবা পাপকী লম্বী অমনি। মরম অসিনা করিগুম্বা থবক অমা তৌরুবদা, ইশা হিংলগা লোইন্নে নিংহুনা সমাজগী য়েংদনা চেংলবদি ; তুংদা নংগী অমাংবা অমা ওইগনি।

পোৎ খুদিংমক লৌশিনবদি হৈরগা পিথোকপদি হৈতবা তৌগন্নু ? মরম অসিনা হৌনা খংদে হায়বা ন্নাদি অহুবু হায়বনি ! শাইবা কলন্দা ওইনমই ফম্বা রুললা ফমমেন ফমই হায়হুনস্তু নতিক নপা চন্দ্রবদি ফমলুগন্নু ? "মীনা নংবু ন্নুংশিরোই। নশাগী য়েংদনা নতিক নপা চাদনা থবক-তৌরুগন্নু ? অঙাং মীওম্বা তাহুনা তোক্কনি মতম খুদিংমক্তা অবেম্বা থবক তৌহুনা কুক-কৈগুন্নবা নখোং অহু কোলহৌ কোলহৌ থাংদোক্লুগন্নু ? অরেম্বাদা নক্লক চোক্তুনা তোক্কনি অহুগা চানিংই হায়হুনা অতনবা নংদি হৈবোং মখাদা হিপলুগন্নু অরেম্বদা লিলনা চিক্তুনা তোক্কনি।

চে-বঁপ লৈনা লৈনা নখুৎনা মৈ লৌরুগন্নু, অরেম্বদা মৈমা পোক্তুনা

তোক্কনি। মরম অসিনা কা হেন্নস্থ অশাওবা উৎলুগনু, মৈরিক-পিদগী মৈজাওবী ওল্লি হায়বা ৱা অমা লৈবনি। মরম অসিনা হৌগ্রবা থবক তুংদা নিন্দা তৌহৌবা ফৎতে। চৎতবা ম্রাদ্রবা থবক ওইরবস্থ মফম মরাং খংদবা লম্বা চৎলুগনু? অরেম্বদা লম্মুক্কু-হুনা তোক্কনি। মীগী মতুংদা ৱা ঙাংগদৌবগী শরুক, নরিল লৈরবদি মমাংদা হেক মঙাংউ, অতুগা ঙমলোইদবা থবক্তা ঙমগনি হায়হুনা মীবু মতম মাংনবা শিল্লুগনু। ইপা ইপুগী ৱাহৈদা অহুমলক য়েংঙু হায়বা ৱা অহু অহুমলক্তা ঙমদ্রবদি অরেম্বদা মতম মাংহন্দুনা কন্নরোই হায়বা খংঙু। মতম খুদিংমক্তা অরানবগী মাইকৈদা লেপ্পুগনু অৱাবা ফংগনি। মরম অসিনা নশানা তৌজবা থবক অহু মফম মরাং খংদবা ষলগী পুন্সিগুম নংস্থ মতৌ তম্নুগনু। ইনাক খুনবা পল্লবদি খরা লিক্লা চৎলু, ক হেন্নস্থ লিবশিনবা তৌরুগনু অরেম্বদা অরিকপগী মরল শুন্না চাই হায়বহু তাগনি। মরম অসিনা হিরম খুদিংমক খংজল্লু, খংবদা কান্নদবা লৈতবনি। মৈতৈ ৱহৈদা ৱায়ুবন্না ফনা লোইনিংহুনস্থ ইরুবন্না লক্কুবদি লোইবা য়াদে হায়হুনা, তাইবং পনবদা জুৱা নত্রাবদি নম্মা খাইবা য়াদবা পোৎ লৈবগুম নম্মা ৱাৎপা ইয়া য়াদবনি। মরম অসিনা লমহেনবা মীবু চিন্না ৱারকপদা য়দ্রবদি চৈনা ৱারক্কুনা ভপ তহল্লু।

নোংশাগী লপ্লেলবু লমহুইনা থৎলবনি তাইয়োন্নবা ওইনা থোক্কনি, হায়বা ৱা লৈবগুন্না হিরম খুদিংমক্তা নশানা ঙম্না তৌ, লৈতুম অমনা চেক্লা খমবাং পালহনগে নিংলুগনু, অরেমবদা নশগন, তেক্কুনা তোক্কনি। মরম অসিনা লৈজদবা নংদি চমফৎতা ওইরবস্থ

চাহুনা অরাবা মতম কয়া লেন্দুনা, মীখাংদা নংগী অরাবা পুথোক্কুনা লৈতে হায়বা উৎলুগন্নু, মরম অসিনা মীওোন্দগী হংগদবগী শরুক নংগী লৈত্রাবদি তোকথোকউ। অহুগা মীওোন্দা দাল হন্না তৌগদবগী শরুক নংগী ন্নাৎতনবা হন্না হোৎনৌ, মপদি য়েংদনা লমগী শলনা মচি শাংবগুম নংস্থ নচি শাংলুগন্নু, অরেম্বদা নমিৎ তাংহুনা তোক্কনি। চানিংই হায়হুনস্থ মশক মওং খংদবা পোৎ চৈ চারুগন্নু মৌনহুনা শিগনি। অথা অথুম নাইবা পোৎগুম্না মীগী মখুৎস্থ অথা অথুম নাইবনি, অহৃগীস্থ মথক্তা মচু নাইবা ফিগুম্না মীওইবা খুদিংমক্কী ন্নাখলস্থ তোংঙাল তেংঙাম্লি।

মতম খুদিংমক্তা নোম্বা কল্লু? শুদনা ন্নুংঙাইবা পাল্লবদি চাদনা থনবা তমখো! শেল তুংশিনবগুম্না মীওইবগী ন্নাখলস্থ তুংশিনবা ন্নাই। অহুগা মতম খদিংমক্তা নথক থোংবা মীনা তৌবা থবক্তা হাক্লা অহৈ অপা শাহুনা নথুৎ ংিঙ্গল্লুগন্নু শিনথোং খংদবা মীনা তৌবা থবক্তি, খোই মহমদা চৈনা থিনবগুম হন্না হন্না অকাইবা ওইগনি। মীগী ময়ুমদা হাক্লা ফমলুগন্নু? নংহাক থক্কী লৈকাই ন্নাথোক ওইগনি। লৌরমদাইদদি শিদগন্নরগা পিবমদইদদি ন্নুংগুম কনবা ন্নাখল চেনগন্নু? অরাবা তারবা নংদি ধর্মনা লেংদবা উপলনি হায়বা কাওগন্নু। নতিক নপা চাবা থবক তৌ নত্রবদি লিলস্থ শিহৌদ চৈশুহ্ তেকথি অরেম্বদা অরাবা ওইনা মমিদ খোশক্লগন্নু, অরেম্বদা ইকাই খংদবা নোংবনগুম হন্না হন্না ইকইবা নংগনি। অথাং কনবা তম্মু,

য়ুমগী ফক্লাং ন্নাই তৈবগুম্না মীওইবগী হকচাং অসিস্থ মরক

মরক্তা রাই তৈথোকপনা ফৈ। অপংবা মীগী পুন্সিদি ময়ামগী পাখোলোই, লৈকাই হরাওনবা পোকপা মচানি হায়বদা থোইনা অকাইবা ওইরোই। অদুগা ঙমই হায়দুনা মীগী মপা পন্দুনা রা ঙাংলুগনু? মমৈদা চোপ্পা নংগনি। লৈনা লৈমন চনবগুম মীওইবা ঐথোইগী পুন্সি অসিসু নোংমা নত্রগা নোংমদি শোইদনা কেম্ন-থিনি। লাইরা হায়বা অসি থাজদবা রা কয়মরুম্না পুনশিল্লগা হায়বা রানি। অদুগা মতম খুদিংমক্তা ইচিন অমা পল্লি হায়দুনা লাই লৈতে হায়রুগনু? মীওইবা ঐাথাইনা (ঈশ্বর) মাবু উবা ফংবদগী (প্রেমন্দি ঈশিং মনুংদা লৈবা পোৎপু ঐখোইনা উবা ফংদবগুম (ঈশ্বর) মাবুসু উবা ফংদে। অদুগা তাইবংপনবদা মিৎনা উবা ফংবা ঈশ্বর খরা লৈ! মদুনি নুমিৎ থা থরামিচাক অমদি নংবু পোকপা নমা নপা মখোইশং অসি মিৎনা উবা ফংবা ঈশ্বরনি হায়বা য়াই। মরম অসিনা মী নোক্লগদবগী শরুক নশাগী অরানবা হন্না চুমথোকখো, মী অমনা তৌরিবা থবকতা শিংথনদবা তৌরুগনু মী মচানি হায়দুনসু থওইদবা তৌরুগনু? অ া চপা ককচেং মচা মচা কয়ানা চাওরবা শমু অমবু ইবাই লাই ঙমই হায়বা রা অমা লৈবনি। অতিক মপা চাদন রাখল গনি ফাংন থবক তৌরুরবাদ, পাম্বৈ যাওদবা থোং-লানব া থে নি। পিল্ল পিল্লবা লংলা কয়না পুনশিল্লগা লা র অ ং কয় লৈতেং ওই হায়না লৌবদা থে ইনা অ ানবা ওইরে ই। মী ফজাবদি শম্বা অমোংপা কয়া উরু বদি নোক্লরিবা মসি সংসার রাকম গমনিদি হাযবৰু হন্না হন্না ইকাইবা পিক্লগনু, যদি সু ফজবসু মপু মানী খৃংশেন

অমতনি মরম অদুনা মী খুদিংমক অচৌ পিশক খাইনা ব্যবাহর তৌগনু। মতম খুদিংমক্তা অফবা শঙ্গা তিন্নু, করিসু লৈত্রবা খোইমু অমনা থম্বালগা শঙ্গা এইরুবদগী শ্রীগোবিন্দগী চরন য়োই হায়বা রা লৈবনি। অদুগা অতোপ্পা সংসারগী চৎনবী অমনা ফজবা পোৎ-তমক মতান্নরি, অদুগা অথিবা পোৎ কয়বুদি হন্না ফাওবা য়েংবিদে, ফজবনি হাযদুনা তুংগী পোলোই য়েংদ্রবদি, শক-হেনবী লিলতাওবী হায়দুনা মতোকই। খোংদরক্লবা সংসার অসিদা মতৌ করম তৌরগা তুংগী লম্বীদা অরা অনা কয়াবু নমথবা ঙমগদগে হায়দুনা তৎদনা খল্লিবা মহাক অদুতনা ওইরগনি জাতিগী অশেংবা লল। লাই নিংগে হায়রবদি লাইনিং লম্বেল চুন্ন। চংলু নত্রবদি লাইনিং লম্বেল ওন্নাদুনা পুন্যা তানবরা হায়ববু পাপকী কোমদা চোংথৈ হায়বা রা অমা লৈবনি। পোকঙমদনা পোক্লবা মীওইবা ঐখোয়সে কনাগী থৌরাংননো অশি থোংজিল চংহল্লিবা অদুগা চংলবদি অশি থোংজিল পুগনি করম করম্বা পোৎশক? মরম অসিনা নখুৎতা পায়রিবা মশিবু মীনা শীজিন্নহনবা ফত্তে, অদুগা নরৌশিং খরা লৈরগা মীমাদা উৎলুগনু। ফত্তা লৌশিং কাচিন য়োই হায়বা রা অমসু লৈবনী। মীওইবগী পুসিদি অরাবগা নুংঙাইবগা অনিগী খুংগেননী। মরম অসিনা অরাবনা মতোইনা যান্নবদি নুংঙাইথোকউ।

থবক খুদিংমক অসি তৌবু তৌরুরবদি লাইনা ঙমদবা থবক ফাওবা, তাইরবং মীনা তেনই হাবা লৈবনী। অদুবু মতমগী মতুং ইন্না মতাং চাদ্রবদি লাই ফাওবা মীনম্বা রা ঙাংই হায়বা

কাওগন্নু। চাং নাইনা চেকশিনবা তা নবদি হনানা মতুং মৈয়িংবা হায়দুনা অৱাবা তাগনি। হাক্লা কেবা মৌবস্থ পাম্লুগন্নু, "কেমল্লবদি কেপাক থোকই হায়বা ৱা অমা লৈবনা তুংগী ওইজ্ঞবা ৱাৎকনি। মতম খুদিংমক্তা উয়ান চাকতিন্নবা, উনা পুংবা পমেন্দা কাইদোং মিন্নাবা য়ারিবা মথৈ কন্না হোৎনৌ। নখা থাবা মীনি হায়তুনস্থ কা হেন্না থৌদা ৱায়েলবস্থ তৌরুগন্নু।

---

## মপাল শুবা পান্দুপ

মতম খুদিংমক্তা ৱাখলদি লাইরবা তম্; অহুগা থবকতি ইনাক খুনবা শাণ্ড, মরম অসিনা লৈপরেং লেংলবদি লংলা মশক খন্না লেংবা ভমমু, নত্রবদি তৎতুনা মীমাংদা চোপকনি। মরম অসিনা হৈন। চৎলু ? থরোই অহাম্বনি হায়তুনস্থ উৎশিৎতবা তৌরুগন্নু করিগুম্বা য়াংখিবা খোক্লবদি চাং ফংই হায়বা ৱা লৈবনি। মরম অসিনা অশোনবা মীবু মশক খংনা লোইনৌ। ওইদবা লম্বীদা নরল তাল্লুগন্নু, ওইদবা লম্বীদা চৎখিগনি। অশাৎপা লৈ অমবু হেক্কে নিংলবদি তিংখং কিরুগন্নু? যারিবা মথৈ মতম খুদিংমকতা ননিং নখা তম্না লৈবা তমমু? অশাওবা মীবু মপুক পেলহন্নবা হোংনগদবনি। খুদম ওইনা হায়রবদা, নোংমা তিল মচা অমনা তাফি তাফি চৎপা অহু উবদা, মপুক লামলবা উতিল অমনা পিল্লবা তিল মচা অহুবু চরাগে হায়তুনা প্রপ প্রপ তান্নরমই;

খুদেক অদুমক্তদা শিবা তারবা তিল মচা অতুনা পইারকী লৌশিং অমা তৌদুনা হায়রকই ? ঐখোইগী দাদা অদোম থাও মুংশিববু কদোমদা লেংবিগদৌরিবা, রা অসি হেক ত্তাবদা ইকাইরবা উতিল মৃদু করি অমতা হায়রম্বা তৌদনা অসুম চেনখ্রে, মতৌ অসুম তৌদুনা মতম খুদিংমক্তা অশাওবা মীবু মপুক পেলহন্নবা কম্না হো৲নৌ।

মীওইবা খুদিংমক নিংবা থুংদদুনা শিথিবনা অয়াম্বনি, ফনা য়াম্না নিংজদুনসু লাইবক্তা তম্লনদ্রবদি কৈদৌম্নুংদসু থুংবা ঙমদে। মরম অসিনা নতিক নপা চাদ্রবদি পামই হাযদুনসু কা হেন্না রাখল খললুগন্নু, দিহে মন্দুনা তোক্তনি। ইপা ইপু রাহৈদা ফজাবদি ময়ামগীনি অদুবু মুংশিবদি ঐ ইথন্দগীনি হাযবা, মৈতৈ রাহৈদা পাওরৌ অমা লৈবনি ? মতম খুদিংমক্তা ঐগী ঐগীতা হায়দুনা শাংলবা নখু৲ অদু তিংথোকলুগন্নু। মরম অসিনা থবক খুদিংমক্তা নংগী নখু৲না লাম্বা ফংবা থবক অদুতমক তৌ' অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু শাবা হৌরুরবদি মওং তাবা ঙম্লনবা কম্না হো৲নৌ ; মশক ফজারবা থম্বালবু হেকনিংলবদি কাচি হান্না :শাবা তাই, মীওইবা ঐখোইনা ফজাবা লৈবু পাম্বদি হায়নিংঙাই লৈতনা পামই, অদুগা ঙাইহক্কী মি৲য়েংদা মকা ফন্না শা৲চরিবা লৈ অদুবু হেক-ত৲পিরুরগা অরেম্বদা শেগাই শেগাইদুনা মাংহল্লি। মসি য়াম্না ফ৲ত্রাবা মওং অমনি। লৈগী লৈনমদি মী খুদিংমক্কী থম্মোই ইংনহল্লি। অদুগা ফ৲তবা মীগী মনিন্দী মীপাইনহল্লি ! অদুগা অচুম্বগা অয়ানবগা মখোই অনি অসিগী পুন্সিদী মতম খুদিংমক্তা

ঈশিংগা থাগুগা তিন্নবগুম থোকনি। মরম অসিনা পুন্সিবা শান্নবদি নংতবা শাজং চংলোইদনি। অদুগা মপা ডাকুগী মচা সাধু ওই হায়বা রা অমস্থ লৈবনি।

মী খুদিংমক অসি অরেম্বা পাম্বা ঙাঁবা অমনি অদুবু মতম মতমগী মতুং ইন্না লেমথোক্লবদি অত্তবা মীকনু ইকাই খুমনৈ। অদুবু হৌজিক্কী মতম অসিদদি মতিক মপা চান্দনা য়াম্না পোংবা মীওইস্থ য়াওরি। পাওরৌ হৈরবদি পোং খুদিংমক ঐগী ঙাইহ-কতনি অদুবু লৈরে মতিক নখুং হাক্না চাওরুগন্নু, "তুংদা চক্ মীরাং শৌহুনা তোক্কনি। মতাং চাদ্রবদি চাক লাম্বা মীদা চৈ পিজৈ, মরম অসিনা চোপপু চোপপু হায়রবদি করিস্থ লৈতবা রাক্ষস অমদা হেক মচোপই। মমল য়াম্বা পোং ওইহুনস্থ মমৈদা অমুক হেল্লকখিগদরা হায়হুনা খংলুবদগী, লুপা পিবা পোংতা মখায়দা য়োল্লি হায়বা রা অমা লৈবনি। মরম অসিনা তুংগী ৱাখল খন্না তৌগদবনি, শেন্দোং তানবরা হায়ববু শেলেপ মাংই হায়বা রাহুদা তাগনি। থবক পুন্নমকতাগী রাবদগী রাবা হায়বা অসি থবক লৈতবা মীনা মতম ঙাইবা অসিনা খ্বাইদগী রাবনি। নুমিং খুদিংগী শিবগী মতম নিংশিংগু? শিবনা মীওইবগী অরেপ্পা পংথৈনি! মরম অসিনা করি করিগুম্বদস্থ মরম চাদবা থবক তৌহুনা মীশিরগা লাই হিংই হায়বা থবকস্থ তৌরুগনু? অদুবু য়েক্লবা মীনা হায়বা রা ওইরবস্থ অচুমবা রা ওইরবদি লো। অদুগা মীওইবা ঐখোইনা পুসিগী পলথুংফম অমা যোং তাল্লবদি, অরাবা কয়াবু নমথহুনা লেনবা তাই! অদুগা করি করিগুম্বদস্থ অকল অরিং শিংদুনা পামবৈ

য়াওব্রবা থোং লানগনু। পাংগল লৈজব্রবা মীবু খিনা তৌরুগনু অদুগা মীওইবগী মফমদা থৌবদগী থৌরবা শঙ্গী ত্থিংখংনা খ্বাইদগী হেন্না থৌবনি।

মতম খুদিংমকতা ময়ান তুয়ান্নবা হাকনা তৌগনু। ময়া। তুয়ান্নবা মীনা মথোং চারমলোইদবনি, ময়ান তুয়ান্নবা পোৎনা হাওবদি শিংজুতনি হায়বা কাওগনু। মরম অসিনা মচল চনাবু শেম্লবদি নাপিতস্থু হাওবনি। নুংশা শারবা কালেনগী নুংশা মরকতা অখাং কনবগী লৈরাং চারা থাদুনা নোমজমনগী লৈরাং য়েঙ্গিং চোংহলল্লবা হিংশা তৌবা পাম্লুগনু, হিংশা তৌগদবগী মতুংতা চানবিয়ু, মরম অসিনা মতম খুদিংমকতা শিদ হিদাক হায়বা অসি করিগুম্বাদস্থু ফংবা য়াওই, মতুদি করিগুম্বা থবক অমা চৎপদা হিদাক কান্নবা পোৎ অমা ফংলবদি, মতু শিদ হিদাক্কি হায়বা য়াই। হৈ-শিংলিবনি হায়দুনা মতাং চাদনা অশেং অমাং থাযগনু মরম অসিনা ইরুজবা ঙাইহকতনস্থু শেংবা নত্তে; অশেংবা হায়বা অদুদি ইতোপ তোপ্পা লৈবনি। মতুদি অরানবা রাখল বয়বু লবশিন্দুনা ইচম চমবা রাখলগী অসন থকতা, অচুম্বগী মিৎয়েং তারবা মহাক অতুতনা ওইগনি অশেংবা মী হায়বদো! অদুগা মশক য়ম্না যজবা মশা য়াম্না নানবা মী ওইদুনস্থু শোইদনা নুরা থাংলমগনি হায়বা কাওগনু? পোরেফম খন্দবা তাইবংদা ঙসিনা ঐগী ওইরমই হয়েংনা মীগী ওইখিনি, মরম অসিনা ইখৎ চল্লবা পোৎ ওইরবস্থু থাজনিংঙাই লৈতে। তাবরু হৈরবদি করিস্থু নত্তবা রারী অমস্থু হেক মনুংঙাই, অদুগা ঙাংবা কনবনা অচৌবা শকই

হায়দুনসু মীনা মশক খঙদ্রিবা নংদি মথোং মরম খংদনা ৱা ভাংলুগনু, ৱায়াম ভাংবা মীগী মতম লেনফমদি ইরৈদা লৈবনি, অদুবু ভাংলিবা মহাক্তনা হুংভাইজবনি অতাবা মীনাদি মাগী মমায় য়েংদুনা হায়বদি ঙমদা মাবু চৈ পাইদুনা হেক তান্নিংবা হায়বদু য়ৌই।

অঙাং থিদে, অহল খায়দে, তুংগী পোলোইবু তাবা হৈরবদি মরম খুদিংমক ইচন চন্নৈ। অদুগা মশক নাইবা পোৎ অমা লাইদা কংলুগে হায়দুনা পুরকপদা করিগুম্বা খুদোংথিবা অমদগী লম্মখাংদা পোৎ অদু মাংহনগনু? মতম খুদিংমক্তা মীগী থৌইনশিনবু হাক্লা য়ারুগনু তুংদা ৱা কাইরা ঈশিং চংই হায়বগুম থোক্কনি! মরম অসিনা নংগী শাগৈ নাতৈ মরকতা, নচিল ননাও মনুংদা লেংদবা মরুপ থিয়ু। ঈশ্বর নত্তনা কৈদৌহুংদসু লৈরমলোই! অদুবু অতনবগী পুন্সিদা নোমদনা হুংভাইগে তাল্লিবা, থিরু মফম খুদিংদা লৈরম্লোই ইনাক খুনবগী পুক্কৈদা অতনবা নংগী চেং শরুক য়াওবরা হায়দুনা? মশানা ফরে হায়না খংদুনা লৈরবা মী অদুবু হন্না হন্না থাগৎলুগনু' মমৈদা নথক কাদুনা চৎকে হায়রক্কনি। অদুগা হৌজিক্কী মতম অসিদদি মী অয়াম্বনা মরম ইচা চাদনা কা-হেন্না চাদিং তৌনরি মদু অরানবা থবক্কি খংনা খংনা থাদোকপা ঙম্নাদে। থরাইবু য়াওনা তৌরবদি ৱারী লিবগী ধপ্তা ভাবক অয়ামবনা মপি তাদুনা নোকপসু য়াওরি। অদুবু ৱাখলগী (ক্যায়বীয়াদা) মতমগী ঈচেলনা নমথাবা ঙমদনবা কন্না হোৎনৌ। মীওইবগী পুন্সি খোংথাং অসি থম্বাল চামা-নিপালগী মনাগুম্না মশিং থিবা ঙমদবগুম, ঐখোইগী পুন্সি খোংথাং অসিসু মশিং

থিবা ঙমদবগুম খরা রানা থোকই। তাইবং শেম্বা মপুনা চৎনবগীদমক্তা থোং অনি পিরমই অদুবু থোং নামতনা চৎলবদী কদাইদগী য়েৌবা ঙম্লাগদগে পুন্সিগী পলথুংফম। মরম অসিনা উ কারবদি উশা অকংবদা নেৎতনবা কন্না হোৎনবা তাই।

অদুগা শবম শবম অতুগী মতুং ইনবা থবক তৌ, অতুগা অহৈ অশিং শাত্নুনা চহি ১০ দা ঙাইরিবা অঙাংদা কা হেন্না লুহা পোৎলুম থাঙ্গৎপিরুগনু? মরম অত্নুনা মমল য়াম্লবা সনাবু পরেং লেংবা তারবদি, পিল্লবা লংলা মচা অমা য়াওই হায়বা কাওগনু করিগুম্বা নিংবা কাইরবা থবক অমবু ঙম্নবা হোৎনবা তারবদি নিংথম-থাগী হক্লা তারবা উল্লক্তা ফি য়াওদনা তুম্লবসু নিংথমদে হায়বা রা লৈবনি। অত্নুদি ওইরগা চিম্ফেন ফবা মীওইবা কয়াগী মমাংদা খাংবা কনবা করম্বা জগৎনা অথাং কনবগী মিংচৎ উরোং খিনবা ঙমখিবগে? অদুবু মহৌশানা নুংশিৎনা হুম্বা মাইকৈদা লৈগী লৈনম শন্দোকপা হায়বা অসি ময়েক্লা তাবা রানি। মরম অসিনা মীওইবা খুদিংমক হৈজরবসু হৈজদ্রবসু মশা মশাগী মতিক মগুন থাত্নুনা শকচা-শোনজবা ঙম্বা জীব অমনি। অত্নুদি ওইরবদা হৈনখ্রবা লমচৎ শিজিনদ্রবা মহৈ হায়বা অসি- থুত্নুনা মথোংদা কল্লি হায়বগুম মরক মরক্তসু নাপল তৌবা ময়াওরকই।

করিগুম্বা থবক অমগী য়াম্না লাংতক্নরবসু নংগী মাইথোংদদি মীনা উবদা হরাও হরাও লৈবগী মতৌগুম্না উৎলু? অতুগা চাং য়েংলিবনী হায়তুনা ঙম্বদি ঙম্লোইদবদা থুনু থোংদা শারৌ

শারুগনু ? মরম অসিনা মীওইবা খুদিংমক মমাং মমাংদদি হায়জবা ঙমজদবা, মাবুক মনুংদদি অচাকপা মৈশুম (প্রোক প্রোক) চাকপা য়ান্না য়াওবা উই ! হায়রিবা ৱাফম অসি মীপুম খুদিংমক্না নিং মাং হন্না য়েংহুনা মশানা ৱা খংনা চৎপা ওইরবদি কৈদৌনুংদস্নু মী অমত্তা কাইনরোইদবনি। তাবু তারবদি মী খুদিংনক লোইনা খংবা ঙাইহক্তানি, বাঁসি থোংবা মীতনা বাঁসিনা মরোল খংগদবা নত্তে; লোইনা খংবা ঙমদ্রাবস্নু খরামথৈদি খংই। মরম অসিনা প্রেমবু তিন্নরবদি জাৎ ফৈ কংতে হায়বগী ৱা করিস্নু লৈতে। অহুন্নদি ওইরবদা তাইবং শেন্বা মপুনা মীওইবগী মফমদা ককপা য়াদ্রবা মতমগী মনা অমা পিরকই, মাহু মীওইবা এথোইনা মতম চানা লৌশিনবা হৈতবদগী কান্নদ্রবা পোৎকুন্না অরেম্বদা নোংখাং চাইহুনা মাংহল্লি। মরম অসিনা মতমবু চাদ্রাবদি হচোই য়ান্না থোংহুনস্নু নোং তাগদবা লৈতে ! মরম অসিনা খুদোং চাদবা থবক ওইরবদি নতোমতা তেংবনা ফৈ, মাহু নত্রবনি লৈকাই ৱারি নখিনি। অহানা মৈতৈ ৱাহৈনা নাইতোম চাবা ঘল কৈনা চাই হায়বা ৱাহুদি মী কিনবা অমা-রোমদা হায়বা ৱানি ? ধর্ম। চেনবা মীনা হুরানবদি মনৈথাংদা অচৌবা (পুণ্য) ফংই হায়না ৱা অমা লৈবনি। খুদম ওইনা হায়রবদা যুভাংতা গুরি হুরানবনা ঈশ্বরবু কাওদবা মরন্না, হুরাল্লবস্নু মনৈদা অচৌবা ঈশ্বরগী ভক্তা অমা ওইখি।

———

# তৱা শুৱা পন্দুপ

মফম অসিদা তাইবং শেম্বা মাপু মানদি মীওইবা ঐখোই অসিবু, অফবা থবক কয়া তৌদুনা লৈগী মনমগুম্না শিনবা থুংনা মাইকৈ মরিমক্তা শন্দোকলমউ হাযদুনা থারকপনি। অদুবু ঙসি মীওইবা ঐখোইনা তৌরিবা মওং অসিদি, লৈমন চল্লবা থম্বাললগী লৈননা লাইরর থক্তা কেনথ্রবা অচৌবা লৈমন চল্লবা থম্বালগী লৈনা অমগী মগুণ ফাওবা যৌনা শন্দোকচবা ঙমজদে। অদুম্নদি ওইরবা তাইবংনাপবা অসিদা মীওইবা খুদিংমক্কী থম্মোইদা অমনা অমবু হেনফত্রবা করিগুম্নবা মগুণ অমমম চেলবা হায়বা অসি পোকপদগী লোইনরক্লবা অমনি। অসিগুমবা ৱাখল অসি খুদোং চাদ্রবা মতমদা অমদি অতা-তাই তরক্লবা মতমদা, অমদি কনা অমতন্থু উরক্লবা অদুগুমবা খুদোং থিরবা মতমদা মশাগী থুপ্লুম্না থম্মুরবা অদুগুম্নবা মগুণশিং অদু পুথোক্তুনা মশা হিংনবা উপাই য়েংবগুম, থবক কুদিংমক্তা শিজিন্নরবদি মতম খুদিংমক্তা মীগী মথা পোলোইদবনি? অসিদস্থু নত্তনা শক্কী মতুং ইন্না মিংশেল য়েংগদবনি, ফজবা পোৎ হাযবা অসি মীওইবা ঐখোইদা নত্তবা লাই ফাওবা পান্নরিবনি। অদুগা করিগুমবা লৈ পামবী অমা থাগে নিংলবদি লৈ অদুগী লৈশক লৈওং অমদি মচু মুন্না খংলগা থাগদবনি। অদুদি নত্তনা মীনা থানৈ, ঐস্থু থাবা হৌনৈ, হাযদুনা থারুরবদি ওন্না তৈনবা লৈ অমা ওইরমদুনা মাদুগী নিংঙমদবা মৈচাক্ল পুন্সি মতোল লোমই হায়বা ৱা অমা লৈবনি।

অতুগা নংগী নরৈবাক নজ্জাতিবু মুংশিবা তম্মু, মুংশিবা হায়বা পোৎশক অসিনা কান্নবদি কদাই ফাওবা য়েনা কান্নবগে হায়বাবু হৌদোংনা মুংশিমনখুত্নুনা মচা ফাওবা চাপোকই হাইবা, অমসুং লৈবনি অতুগা নশা নশাগী ফিভম চেৎত্রিভৈদা, মীগী (আলোচনা) তৌবা হাক্না পামলুগনু। করিগুম্বা মতমদা ঐনা গুন্নবনি হায়দুনা করিসু খংজদ্রবা মীবু নরক্কী লমবাঁদা লংথবিরুগনু মরম অসিনা তাইবংপানবগী খূৎশেম অসিদি চৎনসি হায়বগী রানি, অমরোমদা মসি য়াম্না কূপনা খিজিল্লুবদি করিসুলৈতবা রানি। মরম অসিনা অচুমবগী মায়কৈদা লেপকেদি নিংদনা, অরানবগী মায়কৈদা লেপ্লবা? মথৌ লৈতবা মীনা মথৌ চিনবা শাবা মখোইশিং অতুতনা ফৎতবা লৌশিং পুথোরববদবনি। অতুগা মখোয়শিং অতুদি করম্বা মীশক্লো হায়ববু, মমাংদা হৈনৌ অখাইবা থাদরবা ফাওবা অতুমক্ত য়ান্নুংশিদা ইনবীরক্কবদী ওস্থোক্লা মুংঙাইখ্রনিদা, হায়না খম্বা মীতাশিং অতুতনা থিৎ মহেনলি।

অতুগা মীওইবনা মতোইনা খংলক্ত বদি অচৌবা নিংথৌ মচা কযাসু ওইসনু করিসু লৈতবা অঙাং মচা অমনা খূয়াখাগী উফূল-গুন্না শিজিন্নবীরি। মরম অসিনা থবক খুদিংমক্তা থরান থাগী নোংজুগুম মতৎ মতৎ তৌরুগনু? লাইদা কৎক্লাদবা লৈবু হিংচাবনা শোক্লুরবসু, মাগী মুংশিবা লৈনমদি মাংদবনি হায়বা খক কাওগনু, মরম অসিনা ঐ মঙাইরে হায়তুনা অতৎ অখম লৈতনা চেল্লবা মতমগী ইচেলগা মায়য়োক্নগে খল্লুগনু? অরেম্বা তাতুনা তোক্লনি। শম্না হায়রবদা মরোল অহুম জয় তৌবা ঙম্নবা রাবম্না মতমগী

মমলবু খংদনা শিজন্নরুবদগী করিস্থ লৈত্রবা রামগী মথুৎতা মথরাই ৎাখি। মতৌ অস্থম তৌত্নুনা মীওইবা ঐখোইস্থ নারক্কা শাংগা কেতুকী কৌবী লৈরাংনা, তাইবং বুদ্মৈ মশক উদনা অরেম্বদা কুমগী নোংলেনদা পৎতুনা মাংখিবগুম; তাংনা ফংলবা মীওইবা ঐখোইগী পুন্সি অসিস্থ শিনথোং খংদনা লম্মাখাংদা মাংহল্লোইদবনি।

---

## খুয়া-খাদা

"নিংথিরবা সাহিত্য"
ঈচেল মুংদা লুপ্তুনা
মহৌশা খুৎশেম য়েংলিবী।
ইমা নংগী খুয়া খাদা
করিবু কৎসিবা,
তোল্লবা নচা ঐহাক্না!
লোইবী চিংলোল রাংমা লান্দুনা,
থিজরুবস্থ ওমজদে সাহিত্য লৈচন।
মতমগী ইরোনমুংদা লুপ্তুনা লৈরুরবা
লৈরাং লৈনা খরদং খুনজরকপস্থ,
হুমদোকপিখরেনে তমথিরবা মালংবনা
লৈরাংগী লৈনা!
মালংবগী কৌরোইদা
চৌইজাইনরবা লৈরাং লৈনাসে,

খুমগী নোংহৌ লাকনি কিবনা ?
মকু বা থম্মোইগী সেম্পাক্কা
হাপ্তুনা কচ্চবা ।
ওইহনাবয়্কা ইমা নহাক্কা
সাহিত্য য়েন্দাইগী লৈচল্ ॥

## পুক্সিগী তোর্বান

'করিগী চৎলি ইমা নতোমদা
চিন্তাগী পোৎলুম পুত্থনা,
থাবলনা ইরি চেল্লবা অাহিংগী
ন্নাবিনবা পিরাংনা,
থাজা মমৈ লোনবদা
নমোম কনাগী ন্নাখলনা
নপারি কনা কায়নবা ?
নিংথিরবী থাজগী ইপোমদা ।
তপ্পা হুম্বা মালংবনা
তাইবং থম্মোয় ফাওনা য়ৈবক্না
তুংগী পোৎলোই য়েংনা
ন্নাবিনবা কনানো,
পংথৈ নাইবা তাইবংনা
ন্নায়েল চৈরাক থাবদা
পলেমগী মিচং কনা লৈবক্নৌ

নিংজমম্না পুন্সিগী তোর্ব্বা ওই ;
ঈপাক থক্কী কোঙ্গোলনা
পুন্সি রাহং তোইবনা ।
পুরবরা ইমা নহাকতু
চিস্তাগী পোৎলুম,
লাইরৈবাক্কী নিংথিবা রাখলনা
লুপখ্রবদা মতমগী ইরোম্নুংদা,
থিবা ফংলরোই হায়বগী রাবনা
ফংদ্রবরা মিৎকী পি ।
মতমগী ঈচেল কুংবনা
থোরকখিনি নোংমদি শোইদনা ।
পাইহ্নুনা মখুৎতা শান্তিগী খুৎলাই
চোংথোকরকাংগ্গা । মতমত্তুদা,
নংবু নিংবা নপারি
নমোম কয়াস্থু ।

## চরন্দা

মতমগী ঈচেল কলবনা
চৎনবী শম্বল খা-থরে,
রাখলগী ইরাও তোইবনা
থাথরনে রাংলবা সমাজগী পল

ভুশোন নানশোয়বা তাইবংদা
লাম্নুগনি তাইবং কনন।
ময়াগী খোললাও তোইবনা
অতানবা কৌবী লাইরেমবী
মাইকৈ কদোমদনো খংদরে ;
করিগুমবা পুৰিথ্রবদি তপ্পা হুমবা মালংবনা
গুইনরুগমু ভারতকী বিত্র।
মন্দিরগী য়ুম্বী গুইনা !
ওয়্লুসমু মমলবা ভারতকী
কাচিন কোইয়া খদিংদা
মমলবা তাইবং লমবেলবু
ওালহলনবা হোৎনবদা
করিগী গুমদনি ;
রাখলগী চৈত্তনা তেকত্রবদি !

---



